# সপা হিদাক য়াওদবা শকয়েং মিংশেন

## (খুবাক মথি)



অইবা : শ্রীলাইশ্রম রায় সরৎচন্দ্র সিংহ

(জ্যোতিষ কার্যালয়)

# সনা হিদাক য়াওদবা শকয়েং মিংশেন
## (খুবাক ময়ি)



অইবা : শ্রীলাইশ্রম রায় সরৎচন্দ্র সিংহ
(জ্যোতিষ কার্য্যলয়)




অহানবা ফোংবা : অগষ্ট ৭, ২০০২

অফোংবা : শ্রী পুংশুংবম একেন্দ্র সিংহ
(জ্যোতিষ কার্য্যালয়)
লম্বোই খোংনাং খোং
উরিপোক, কাংচুপ রোড।

কোপি মশিং : ২০০০

মমল লুপা : ৫০

# সনা হিদাক য়াওদবা শকয়েং মিংশেন

## (খুবাক ময়ি)



শ্রী লাইশ্রম রায় শরতচন্দ্র সিংহ
(জ্যোতিষ কার্য্যলয়)
[illegible] অবাং লৈকাই
সগোলবন্দ এন:সি: রোড ।

## ''সনা হিদাক য়াওদবা শকয়েং ম্রিংশেন''
## ''কচ্চবা মৈত�ৈ ইমাদা''(খুবাক ময়ি)

মৈতৈ পোকপি ইমাও ! খুরুমজে, পঙলবা নচানা,
নিজরি ইমাগী থৌজালতবু, কুবিয়ু, থম্মোয় লুপ্না ।
কচ্চরি, খুয়া খাদা, 'সিগুম্বা য়ায়েক্লোন কাব্যসে,
ইজরুরে পুন্সি 'দি ওইবা, খুবাক ময়ি পাওতাকসে,
ঙাকপিয়ু, চানবিয়ু, মতম পুম্বা, য়ৈথায় থিজায় লৈতনা;
ঙানহনবিয়ুনে, অমম্বা য়াখলবু চিংন পরে থাক্তনা ।
পাঙজদবা নচানি, য়ালহনবীয়ুনে ইজমনগী মহৈবু ।
ফংহনবিনি নচাবু তত্তনা ইমাগী শেবা তৌজবা ।
ওইহনবিয়ুনে লৌশিং পুক্কৈ, নচাগী থম্মোয় 'নুংদা ।
মিংথোঙ্গে নচানা, খুবাক ময়িদি কোলোয় মিংলেন,
মীওই পুন্সিদি ''সনা হিদাক য়াওদবা শকয়েং মিশেন''
লৌবিয়ু, ইমা নচাগীদি ''ময়ি কাব্যা'' খুদোন লাইরিকপু ।
নুমিৎ, থা, থয়ানমিচাক গ্রহ কয়ানা ঙানবগুম উপস্বর্গদবু,
শীবিয়ু, লৌশিং মৈরা, ওইবিয়ু, থম্মোয় থাওমে,
মৈতৈ পোকপী ইমাও খুরুমজে, পঙলবা নচানা ।

শ্রীলাইশ্রম রায়সরতচন্দ্রা (রায় গুলাব) সিংহ
(জ্যোতিষকাব্যলয়)
B.A. Senior Teacher (Retired) - Trained hand
Equivalent Quality - B.A. Std. in Hindi and Bangali
and with some portion of Sanskrite
Yurembam Awang Leikai Sagolband N.C. Road.

# "সনা হিদাক য়াওদবা শকয়েং মিংশেন"
# (খুবাক মযি)
# বাহোদোক

মীওইবগী পুন্সি হায়বা অসি য়াম্না অঙনবা অমদি মমল য়াম্না চেনবা পুন্সিনি অমসুং অমরোমদা ঈশ্বরগী ঙমথংদা লৈরিবা পুন্সি অমনি হায়বদা থোইনা হেন্না হায়মনবা থোক্রোই।

মীওইবগী হকচাংদা য়াওরিবা পোৎলম কয়া অসি মশক মমিং অমসুং মাগী মাগী শিন্নমগা লোইনদুনা ঈশ্বরনা থারক্লবনি।

"সনা হিদাক য়াওদবা শকয়েং মিংশেল" হায়বা অসি ঐখোয়না তত্তনা নুংতিগী নুমিৎ খুদিংগী য়েংজবা য়াবা, ইশা, ইশাগী ইরন ওইজবা, থম্মোইগী মঙান অমনি। ঈশ্বরনা মীপুম খুদিংগী, ইন্দ্রিগী কয়াৎ কয়াদা, হিরমগী পাওতাক কয়াগা লোয়ননা সংসার ইপাক্তা থাবিরক্লে। মীওইবগী খুবাক অসিদা, ঐখোয়গী পুন্সিগী খুদম কয়া য়াওনা হায়রবসি মমাংদগী হৌপ্রবা, হৌজিক্কী ওইবা, তুংগী ওইগদবা ৱাথল্লোন কয়ানা তৌগদবা থৌরম কয়াবু উত্তুনা, মিংশেন ওইনা ইশা ইশাদা "লমজিং মৈরা" হায়বদি লম্বী খঙজনবা, মরিশিং অসি য়েত্তুনা, খুবাক ময়াইদা ঙানহলবিররে। সমাজ থিবিক্কী মফমদা, ঐহাক্না নোম্লুক্না খুরুমজরি। মরমদি মতমগা চুনরবা অমসুং পুন্সিগী ৱাথল্লোন খরদং ওইরবসু মতেং

পাংবা য়াত্রা হায়দুনা, লাইরিক মচা মসিমতং ইজদুনা ফোংজবনি। পুকচেল চাওরবা অমসুং পুকচেল চাওরবী কয়ানা কোপি অমমমতং লৌদুনা পাবিরবদি পুক্নিং খাথল খরদংদা ওইরবসু চাওখৎকনি খল্লে। থাইনগী কবিশিংনা লাইরিক কয়া য়েংদুনা খাথল কয়া মমদুনা লৈরিবা অসি খরা কোক্লবা অমসুং ইরৈবাক্কী মীওইশিংসু, খরমখেদি মণ্ডান পীবা ঙম্বা লৈরবোই খনবিগত্রা নিংজৈ। ইরমদমগী মীওইশিংগী মরক্তগী "কবি সিদ্ধান্ত" হায়বদি "গুরু শিদ্ধি" ফংলবা অসি য়াম্না চাওরবা গুনগী থাগৎনিংঙাই ওইবা অমনি। অদুনা ইরৈবাকচা কয়া "মহা পুরুষ" কয়া ওইনা অমসুং শিদ্ধান্ত ফংলবা পণ্ডিত কয়া থোরক্লবা খল্লে। মরম অদুনা পাংজল্লবা ঐহাক্না হিরম কয়া নৈনজরুবদগী ফংজবা খাথল্লোল কয়াবু মীয়ামগী সেবা ওইনা, খুবাক ময়িগী মরমদা খরদং ইজরি।

## ''সনা হিদাক য়াওদবা শকয়েং মিংশেন''
## ''অশম্বা বারী খরা''

শ্রীলাইশ্রম রায়শরতচন্দ্র সিংহ ঐনা, খুবাকময়িগী মরমদা খরদং কাব্য অমা ওইনা ফোংজরি।

ঐহাক হৌজিক্তি চহি ৫০গী মমাংদগী হৌনা জ্যোতিষকী লমদা য়াম্না নৌনা, পুন্সিগী হিরম অমা ওইনা, নৈনজদুনা লাকচবনি। জোতিষ কাব্যলয় অমা ওইনা, বাঙ্গলা, হিন্দি অমসুং সংস্কৃতনচিংবা, লোন কয়াদা ইরম্বা খরা থেংনজদুনা অমসুং ''সিদ্ধান্ত কবি'' কয়ানা ময়েক লানা, যুগ খুদিংগী নুমিৎ, থানা ঙাল্লিমথে, হোংবা লৈরোইদৌবা মঙানগী ময়েক লোন কয়াবু উরোক খিন্দুনা, থম্লম্বা, বৈজ্ঞানিকী ওইবা, খুৎলাইশিং অদু য়েংদুনা নৈনজবদগী, ''খুবাক ময়ি'' গী রাখল্লোন খরদং ইদুনা ফোংজবনি।

থাইনগী মুনি, ঋষি কয়ানা অমদি পণ্ডিত কয়ানা, জ্যোতিষ শাস্ত্রগী মরমদা য়াম্না কুপ্না ধ্যান তৌদুনা, য়েক্তুনা থম্বিরম্রবা, মথল মথেলগী ওইবা, রায়েক্তোমা থম্লবা, লাইরা, পাওতাকশিংনি। মসি গ্রহ কয়াগী থোংচৎকা লোয়ননা মীওইবগী পুন্সিবু য়াওল খুদিংদা চৈঙাক ওইননবা, ঙমখে অমা য়াম্বুনা মীরোল খুদিংগী রাহহোক্তী মমি য়াওনা, মপুগী শিনশং অসিদা মাং-তুংগী ওইবা লম্বী খঙনবা, রায়েক কয়ানা, ময়িগী চাউরবা কাব্যগী পুক্কে অমা ওইনা, থম্বিরম্রে।

"কবি সিদ্ধান্ত" শিংনা "যুগ যুগ" খুদিংগী ওইবা "শাস্ত্র" গী য়ারম কয়াসু য়েংদুনা জ্যোতিষকী পাম্বৈনা থিদুনা "ব্রহ্মাণ্ড পুরান" কয়া পুথোক্লমই।

মদুদি আদি পুরান (অগ্নি পুরান) গী মতুংইন্না "সত্য যুগতা" দশা অসি লগ্ন অমদি হকচাংদা য়েংই। "ত্রেতা যুগতা" যোগীনি দশাদা য়েংই। "দ্বাপুর যুগতা" ঈশ্বরগী মণ্ডান হায়বদি তৌরকপা থবক্তা য়েংলগা খুদম তাকই। "কলি যুগতা" (কলি প্রভাব) অসিদি নক্ষত্র অমদি থবানমিচাক য়েংলগা তাকই। "ঘুর কল্লি" অসিদি গ্রহ ময়াম অসি মীওইবগী তৌরে-ইরে, য়েংলগা, মাগী মাগী পুক্নিংগী খোংচৎ, হি মায় তাকই। অদুগা শৌর জগৎ" অসিদা লৈরিবা নুমিৎ, থা, থবানমিচাক, নুংশিৎ, মনিন, অণ্ডানবা অমসুং অমম্বা কয়া লৈরিবা অদুগা ইমায় থক অসিদা চীং, পাৎ, তুরেল, উ, বা, সমুদ্র, জঙ্গল, লৈকংলানচিংবা লৈরিবা পোৎলমশিং অসি মাগী মাগী মথৌ অমমম লৈরিবা ঙাক্তনি। মরম অদুনা ঐথোয় মীওইবগী হকচাংদা লৈরিবা ইন্দ্রিশিং হায়বদি মিৎ, নাকোং, লৈ, উনশা, নাতোন, খোং-খুৎ, য়া, কোক, শমনচিংবা পুম্নমক অসি মাগী মাগী মথৌ অমমম লৈরিবা ঙাক্তনি।

অদুনা তাইবং মীওইবগী থুবাক্তা ময়ি কয়া লৈরি। লাইবক ফাওবদা, ময়ি কয়া য়াত্তুনা, অসি লেম্না য়াত্তুনা, লৈতেং ওইনবা, য়াত্তুনা থারকপা নত্তে। ময়িশিং অসি মাগী মাগী মথৌ অমমম পীদুনা ঈপাক্তা পাউজেল কয়া পুদুনা লাক্লবিরবনি। ময়িশিং অসিবু কুপ্না মরোল খণ্ডজরবদি পুক্নিংগী খোংথাং অমসুং মাঙ তুগী ওইবা, থৌরম খুদিংমক লায়না খণ্ডগনি। মী অমনা হেক পোকপদগী শিবা ফাওবদা অফবা, মশা মশানা য়েংদুনা, খণ্ডজবা য়াবা অমদি লায়না উবা ঙম্বা, থম্মোয়গী মিংশেল অমনি।

অমরোমদা, মসি পুন্সিগী ময়েক লারবা, "সিথোল" অমনি। মসি লেওদবা অমা ওইনা, খুবাক ময়ায়দা, "শকয়েং মিংশেল" ওয়া, ওানহনবিররে। মতাং অসিদা, অসিগুম্বা ময়ি অসিবু "সনা হিদাক য়াওদবা শকয়েং মিংশেল" অমনি হায়না মিংথোনজবদা থোইনা হায়মনবা থোক্রোইদ্রা খল্লে।

মসি মথক্তা, ঐনা হায়জম্রিবা ময়ম খিবিকশিং অসি "কবি সিদ্ধান্ত" কয়াগী পাওতাক্কী লাইরিক কয়া নৈনজরকবদগী ফংজবা য়াথল অমদি হিরম কয়াবু মীয়ামগী সেবা অমা ওইনা, তৌজগে খল্লদুনা ইজবনি। মতম খর মাগুজৌননা ফোংজগে খনবদা শেল থুম অমদি থবক্তা খরা ফিভম চাদদুনা ফোংবা ওমজদদুনা লৈজরকপনি। মসি মরুপ মশাংনা মতেং খরা পীবিদুনা ঐনা ফোংবা ওমজবনি।

ইং শোক ১৯৯৪ দা জ্যোতিষকী লাইরিক অমসু ফোংজখ্রে। মতুংদা জ্যোতিষকা মরী লৈনবা লাইরিক কয়াসু ফোংজরকনি।

অসিগুম্বা খুবাক ময়িগী, মরমদা ইজবা অসি মণিপুর সনা লৈবাক্কী ইশাইকোন্দা মরু খরদং, তাহৌবা ওমজরবদি, অমরোমদা পুকচেল চাওরবা, পুকচেল চাওরবী কয়ানা লাইরিক অসিগী কোপি অমমমদং লৌদুনা পাবিরবদি মতম পুম্নমক্তা ময়োন চোংদুনা লৈহৌরে হায়না খল্লগনি। মসিদা মতম শাংনা মীয়ামগী লমন তোনশিল্লরে হায়না নোল্লুকপগা লোয়ননা ধন্যবাদ তৌনা নোল্লরি। অদুগীগু মথক্তা, ঐগী ইজমনগী মহেসু য়াল্লে হায়না খল্লগনি।

ইজরিবা লাইরিক অসিগী মমিংদি :- সনা হিদাক য়াওদবা শকয়েং মিংশেন" খুবাক ময়ি হায়না মিংথোল্লদুনা ফোংজবনি।

মসি যুগ খুদিংগী হায়বদি বৈদীক্কী যুগ বেদাগী যুগ, খুদিংদা পাউজেল অসি লৈরক্লবনি। অদুগা ঋাগ বেদ, সমবেদ যুমবেদ, অর্থ বেদ অসিনচিংবা বেদ কয়াগী যুগ খুদিংদা মীওইবগী "সিদ্ধান্ত" ফংলবা হায়বদি প্রতিভা ফংলবা কবি কয়ানা নৈনদুনা মীয়োল খুদিংগী মুৎপা নাইদনবা, মাগু তুংগী বিবারোল কয়াবু খণ্ডজনবা, পরিং-পথাপ হুন্দুনা মীওইবা কয়াগী লৌশিংগী খুৎলায় অমা ওইনা, থঙ্গীরম্বা "বৈজ্ঞনিক্কী" অন্তরজাল অমনি। লাইহরিক অসি হিরম কয়াবু নৈনজদুনা মীওইবগী পুন্সিগী খোংচৎকা মরী লৈননা ইদুনা ফোংজগনি।

জ্যোতিষ শাস্ত্রনা নৈনবদা, জ্যোতিষনচিংবা অসিনা তাকপা ঙমদবা অমদি কোঠি লৈত্রবসু "হস্তা রেখা বিদ্যা" অসিনা তাকপা ঙম্বা, পাম্বে কয়া লৈরিবনি। মীওইপোক্তা তৌগদবা হিরম কয়া, পুন্সিগী চৈচৎ কয়া খণ্ডদুনা, "সিম্বোল" ওইনা লৈরিবা ময়িশিং অসিগী ফলশিং অসিনা যুম্ফম ওইনা থোন্দুনা কাব্য অমা ওইনা পুথোক্নুনা, "সিদ্ধন্তা কবিশিংনা" মীওইবা সমাজদা, শৃস্তি কাত্তাগী (শেম্বিবা মপু) ঈশ্বরগী পাউদমথোল কয়া, খুদোল ওইনা, ঈব্রাই ঈনিল খিবিক পীদুনা থাজবনা লাম্নে হায়দুনা "ব্রহ্মাণ্ড পুরান" কয়া রায়েক্লোম্না তাক্নুনা থম্বিরম্রে। মসি পুন্সিগী লমজিং মৈরা অমা ওইনা, ইশা ইশানা, খনজনবা পাম্বে কয়া, পুক্নিংগী খুৎলায় ওইনবা, মিংশেলগুম্না খুবাক্তা হাপ্পুনা "মিংশেলগী কাংলোন" তাকপিররে।

অসিগুম্বা হিরম কয়াবু নৈনজদুনা "সনা হিদাক য়াওদবা শকয়েং মিংশেন" খুবাক ময়ি হায়বা লাইহরিক অসি মতমগা চুশিন্নরবা ইশা ইশাগী, পুন্সিগী লোয়নবা "গুপ্তফাধন বিচার" অমা ওইনা খগ্লদুনা ইজবনি। মসিদা মীওইবগী নুপা, নুপী অনিগী খণ্ডজবা য়ানবা লাইবক্কী ফল, মশা মশাগী জীবন রেখাগী বিবেগ ফাওকা, ময়ম খরা খরদং, পন্দুনা ইজবনি।

লাইরিক অসি ইংলিশ, হিন্দি , বাঙ্গলা, সংস্কৃতনচিংবা লোনদা খরা য়াওনা, ইজগদববদা, ভোলুম অসি খরা চাওখিগদৌরে হায়দুনা মৈতৈ ইমায়োলদা ইদুনা ফোংজবনি ।

অদুগা অমরোমদা, মীগী মরোন চাওখৎনবা অমদি য়োকখৎনবা ওইনা থোকখিবা তারে খঙদুনা, মৈতৈলোন্দা অমদি ইমা লৈবাক্তা মতম কুইনা, মরু, চারা, কয়াবু মুত্তনবা ইজবনি । মসি জ্যোতিষকা মরী খরা য়াওনা ইজবনি লাইরিক অসিগী মমল অসি খরা য়ামগে । মরমদি :- মতম অসিগী পোৎচৈ তাঙবা, খুশুমন হেনগৎখিবনা তৌবনি । মসিগীদমক, মীয়াম্না লৈবাক্কী সেবা তৌজরিবা ঐবু ঙাকপিয়ু ।

মতুংদসু জ্যোতিষদকা মরী লৈনবা লাইরিক কয়াসু ফোংজরক্কনি ।

*মীয়ামগী সেবা তৌজরিবা :-*

শ্রী লাইশ্রম রায়সরতচন্দ্রা সিংহ (জ্যোতিষকাৰ্য্যলয়)
Yurembam Awang Leikai, Sagolband N.C. Road.
B.A. Senior Teacher (Retired)
Equivalent Quality - B.A. Std. in Hindi and Bangali
and with some portion of Sanskrite

# য়াওস্রুম্ম তাকপা

# ''সনা হিদাক য়াওদবা''
# মীওইবগী পুন্সিগী শকয়েং মিংশেল অনি
# (খুবাক ময়ি)
# ১ বা অধ্যায় (তাঙ্কক)

মীওইবগী মশাদা, পুন্সিগী য়েংজনবা অমনি পোকপদগী শিবা ফাওবদা লৌইনদুনা লৈরিবা খুবাক অসি য়েংজরগা, মাংগী, হৌজিক - হৌজিক্কী ওইবা অমসুং তুংগী ওইবা লৌশিং কয়া পোক্লবা খুবাক ময়ি অসিনা পুন্সিগী শকয়েং মিংশেল ওইনা উৎচরি। ময়িশিং অসিদা, রাশিশিং অমসুং গ্রহশিং য়াওনা তাকলি। রাশি ১২ অমসুং গ্রহ ৯ অসিগী মমিং অদু লৈফমগা লোয়ননা তাক্লি।

মখাদা রাশি ১২ গী অমসুং গ্রহগী মমিং তাক্লি। মদুদি :-

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১। | মেষ | - | রাশি | ৭। | তুলা | - | রাশি |
| ২। | বৃষ | - | রাশি | ৮। | বৃশ্চিক | - | রাশি |
| ৩। | মিথুন | - | রাশি | ৯। | ধনু | - | রাশি |
| ৪। | কর্কট | - | রাশি | ১০। | মকর | - | রাশি |
| ৫। | সিংহ | - | রাশি | ১১। | কুম্ভ | - | রাশি |
| ৬। | কন্যা | - | রাশি | ১২। | মীন | - | রাশি |

গ্রহ ১২ শুই। গ্রহসিংগী মমিং :-

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | রবি | - | গ্রহ (নোংমাইজিং) |
| ২। | চন্দ্র | - | গ্রহ (নিংথৌকাবা) |
| ৩। | মঙ্গল | - | গ্রহ (লৈপাকপোকপা) |
| ৪। | বুধ | - | গ্রহ (য়ুমশকৈশা) |
| ৫। | শনি | - | গ্রহ (থাংজ) |
| ৬। | বৃহস্পতি | - | গ্রহ (শগোলশেল) |
| ৭। | শুক্র | - | গ্রহ (ইরাই) |
| ৮। | রাহু | - | গ্রহ (রাহো সংস্কৃত) |
| ৯। | কেতু | - | গ্রহ (কেতোদ সংস্কৃত) |
| ১০। | ইন্দ্র | - | |
| ১১। | রুদ্র | - | |
| ১২। | বরুন | - | |

******

## মীওইবা পুন্সিগী শকয়েং মিংশেল অনি।
## (খুবাক মথি)
## ২ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)

(ক) খুবাক্কী চিত্র অসিদা, তাংশিংদা রাশি ১২গী মমিং থাদুনা তাক্লি।




মথক্কী রাশি ১২ অসিনা খুদোল ৫গী তাংশিংদা লৈবা মফম অমসুং মখোয়গী মথৌ (গুন) কয়া অদু তাক্লি।

রাশিশিং - অসি থিবদা, খুদোনবী মতোন্দগী থীবা হৌগগি। খুৎশাগী খুদোলদগী হৌনা থীরক্লুনা, খুৎনাওবী মরুদা থীবা লোইগনি।

খুবিদি মশিং থিবদা য়াওরোই । রাশিনা লৈরিবা মফম অদুদা, ময়িশিংসু নিংথিনা চুম্না অমসুং ময়েক লানা লৈরবদি য়াম্না ফে । আরা অরি (থোইদ্রিং থোইদ্রাং, মচেৎ মকাই ওইনা মপুং ফানা লৈত্রবদি লাইবক ফবা ওইগন্দে ।

(খ) মখাগী চিত্র (অয়েকপা) অসিদা অমুক গ্রহ ৯ গা লোয়ননা য়েক্তুনা তাক্লি । মসিদা গ্রহশিংগী (গুনাগুন) মতিক, পাঙ্গল অমসুং তৌগদবা হিরম কয়া পীরি ।

রাশি ১২ অমসুং গ্রহ ৯ গী লৈফম অমসুং গুনা গুন তাকপা :-




গ্রহগী শ্বক্ষেত্র (লৈফম) - গ্রহগী মমিং :- গ্রহগী মথৌ (গুনাগুন) ।

১। খুদোনবী বৃহশপতি (শগোলশেন) - বিদ্যা, লন, লৌশিং অমসুং অব্রাংবা পাম্বা। থবক্তা মায় পাকপা ওইগনবা ।

| | | |
|---|---|---|
| ২। | খুৎয়াই-শনি | - ধর্ম্মদা নিংজবা, য়া কয়া ঙাংদবা, মতম পুম্নমক্তা য়াথল তৌগনবা। |
| ৩। | খুৎনিংথৌ - রবি (নোংমাইজিং) | - মখুৎ মশা হৈশিংবা, অকে-অমৌ তৌগনবা, কোইগন চৎকনবা, ইহুন কনগনবা ওইবা। |
| ৪। | খুৎনাওবী বুধ (য়ুমশকৈশা) | - কারবার তৌবা, বিজ্ঞান হৈবা, জ্যোতিষ হৈবা অমসুং আইন খঙবা ওই। খরদি ইংই। শাস্ত্রগী হিরম থিগল্লি। |
| ৫। | খুৎনাওবী মথা খুৎচেপ মঙ্গল (লৈপাকপোকপা) | - থৌনা লৈগনবা, খুৎকন পাঙনবা, থম্মোই চাওবা ওই। খরদি মোনবা ওই। |
| ৬। | খুৎনাওবী মথা খুজেং মনাক চন্দ্র (নিংথৌকাবা) | - কল্পনা লৈবা, ওহোক-ওনশিন পাম্বা, পুক্নিং য়াথল য়াংবা ওই। |

৭। খুবী মখা শুক্রভৃগু (ইরাই)

খুজেং মনাক . - পুক্লিং নুংশিগনবা, ইন্দ্রি খুদুম চনগনবা ওই।

৮। খুবী মরু মনাক - মীবু লাক্লবা, খৎনগনবা, নাপন চাওবা, যৈখায থিনগায়গনবা ওই।

৯। খুবাক মযাই (কেতু) - মশাগী কান্নবতা তৌবা, হম্বা ব্রাখল খনগনবা অমসুং গনিত হৈবা ওই।

(গ) খুদোনশিংগী মমিং অমদি তাং মশিং অমসুং বাশিশিংগী লৈফম তাকপা :

(গ) খুদোনগী মমিং (তাং মশিং) -রাশিশিংগী লৈফম।

১। খুদোনবী - ৩ - খুদোন অহানবা তাং ১দগী হৌবা।

তাং ১ - মেষ - তাং মতোন

তাং ২ - বৃষ - তাং ময়াই

তাং ৩ - মিথুন - মখোং

২। খুৎয়াই - ৩ - তাং ১ - কর্কট - তাং মতোন

তাং ২ - সিংহ - তাং ময়াই

তাং ৩ - কন্যা - তাং মখোং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৩। খুৎনিংথৌ | - | ৩ | - তাং ১ - তুলা - তাং মতোন<br>তাং ২ - বৃশ্চিক তাংময়াই<br>তাং ৩ - ধনু - তাং মখোং |
| ৪। খুৎনাওবী | - | ৩ | - তাং ১ - মকর - তাং মতোন<br>তাং ২ - কুম্ভ - মীন তাং ময়াই<br>তাং ৩ - মীন - তাং মখোং |

খুদোনশিংদা গ্রহনা মপুং ওইনা লৈবা।

(ঘ)

| | | |
|---|---|---|
| ১। | খুদোনবীদা | - শগোলশেন্না মপু ওই। |
| ২। | খুৎয়াই | - শনিনা মপু ওই। |
| ৩। | খুৎনিংথৌদা | - নোংমাইজিংনা মপু ওই। |
| ৪। | খুৎনাওবীদা | - য়ুমশকৈশা |
| ৫। | খুৎনাওবীগী মখা খুৎচেপ্তা | - লৈপাকপোকপা। |
| ৬। | খুৎনাওবীগী মখা খুজেং মনাক | - নিংথৌকাবা। |
| ৭। | খুবী মখা খুবাক (খুজেং মনাক) | - ইরাই। |
| ৮। | খুবী মখোং মরু | - রাহু। |
| ৯। | খুবাক ময়াই | - কেতু। |

মথক্কী গ্রহশিং অসি নম্বর ১ দগী ৯ ফাওবগী মনুংদা থাদুনা পীজরিবা গ্রহশিংগী মমিং অমসুং লৈফমশিং অসি খুদোলশিংগী অমসুং খুবাক্তা থারিবা গ্রহশিং অসি মুন্না খঙবিরবা মতুংদা, খুবাক ময়িগী মরমদা য়াম্না লাইনা খঙবিবা ঙমগনি হায়না খঞ্জে। অদু ওইরবদি খুবাক ময়িগী ফল নিংথিনা খঙবা ঙম্বিগনি। অদু নত্রবদি পাঠকশিংনা খরা হ্রানা থোক্কনি।

হৌজিক্তি মশক মমিং গ্রহশিংগী লৈফম অমসুং গুন কয়া তাকচদুনা, মরম খরা পীজবগী মওং উৎচরে । মরম অদুনা খুবাক ময়ি হায়বা অসি করি পোৎশক্লো অমসুং করি ফল (মহৈ) ফংবা ঙম্বগে হায়বা প্রমান কয়াগা লেইননা মখাদা পীজরি । খুবাক ময়ি হায়বা অসি মীওইবগী পুন্সিদা চাওরবা অমসুং হিংলিঙেদা শক্তম কয়া পীবা য়াবা, হৌরকফম, লোইফম, মতৌ করম্না ওইরকপনো হায়বা অদু মখাদা মতেক খরা উৎচদুনা খুবাক ময়িগী বিবারন খরা নৈনজদুনা "শকয়েং মিংশেলগা" পানদম তৌদুনা, পীজবদা থোইনা হায়মনবা থোকলোইদ্রা হায়না খঞ্জে ।

# খুবাক ময়িগী শক্তম
## ৩ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)

খুবাক ময়ি হায়বা অসি য়াম্না মরুওইবা পোৎশক অমনি । মসিগী মরুওইবা শক্তম অহুম লৈ । ময়িশিং অসিনা খ্বাইদগী মরম শেংনা ভাকপা অমসুং নৈনবদা খঙদবা য়াদ্রবা শক্তম অমনি । মখোয়শিং অসিনা ঐখোয়গী পুন্সিগী হিরম লম্বেল অমসুং তৌগদবা থবক সিদ্ধাগী মাইগে তাক্লি । মসি ঐখোয়না খঙদবদগী মাঙ তুংগী ওইবা, পথাপ কয়া থিদদুনা পুন্সি লেম্নবা হোৎনরি । ঐখোয়না পুন্সিগী লোইনদুনা লৈরবা শকয়েং মিংশেল অসি য়েংদুনা, পুক্নিং লৌশিং কয়া খঙনবা হোৎনদুনা ইশাদা হিরম কয়াগী ভাক্তৌ থমদুনা প্রকৃতিনা মহাক্কী থম্মোইগী বীনা মরিনা চিংদুনা য়াৎপিরকপা মরী লিখুনবু ঐখোয়না খুবাক ময়ি হায়না কৌনরি । মসি লাইরেনবীগী মংলানগী ছায়া পাঠ নত্তে । মসি মীওইবগী পুন্সিগী হিরম কয়াবু খঙনা খোংদানবা চিংবিরকপা ময়িনি । ময়িবু ঐখোয়না নিংথিনা খঙগদবা অমনি হায়বদা থোইনা হায়মনবা থোক্রোই হায়না খঞ্জে ।

খুবাক ময়ি অসিগী মরুওইবা মখল ৩ অদু মখাদা পীজরি ।

১। ইপা খঙনবা ময়ি হায়বা অমা ।

২। ইমা খঙনবা ময়ি হায়না চৎপা অমা ।

৩। লাইবক খঙনবা ময়ি হায়বা অমা ।

১। ইপা খঙনবা ময়ি :-

মসি সংস্কৃত, বাঙ্গলানচিংবা লোন্দা (পিতৃরেখা, জীবনী রেখা, আয়ুরেখা অমসুং হৃদয় রেখা) হায়নসু খঙনৈ ।

খুবীগা খুদোনবীগা তাইনবা মরক্তগী খুবী কোন্দুনা (খুড়াই) চৎলিবা (চিংলিবা) ময়ি অসি, ইপা খঙনবা ময়ি হায়না কৌই । ময়ি অসিদা পুন্সি (আয়ুরেখা) অমসুং অফ-ফত্তবা (শরীর রোগ রোগী) মথল মথা কয়ামরুম খঙনবা য়েংবিগদবা ওই । ময়ি অসিনা খুদোনবী কারক্তগী হৌরক্লুনা, খুজেং য়ৌনা, ময়িগী মরি মচু অদু ঙাংনা, থরো অঙাংবগী মথোক্কী মকু খোকতোকপদা ঙাংবগুম, ময়ি অদু য়েংবদা ঙাংনা ময়েক শেংনা চৎপা ওইরবদি অদুগুম্বা নুপা, নুপী অদু মপুন্সি শাংই অমদি মশা মউ ফৈ অমসুং থম্মোইসু শেংবা ওই । ময়ি অদুনা ময়েক শেংদ্রবদি লমখাংদা তৎলবা, মচেৎ - মকাই খর তারবদি মী অদু মপুন্সি তেল্লি । মশা অদু ফৎকন্দে । ময়ি অদু য়াম্না শাংলবা অমদি ময়েক লারবা, লিক্রম ফজনা চৎলবদি, ব্রা ঙাংবদা মগুন চেনবা, নুপা থোকপা, থম্মোই শেংবা অমসুং ময়েক লায়না হায়বা ঙম্বগী শক্তি চেল্লি । ময়ি অদুনা মচু মুরৈনবা, মচেৎ মকায় থোক্লবা হায়বদি পশিং থোকপা মতৌগুম অমসুং মশা পানবগুম, কুপকায়গী শরুক য়াওনা মকুপ মকুপ তৌদুনা চৎলবদি, মশাগু ফত্তে । মথল মথাগী লাইথুংসু য়ামই। মদুদি :- কোক ঙাওগনবা, অথিন - অরেং তৌবা, নুংশিৎসু ফত্তবা চেনগল্লি। মচু অদু নাপু মাম্না চৎলবদি, লোকচেনবা, (যক্ষারা) টিবি থুংবা, মিৎতা নাপু কাগনবা, লায়না পোক্কল্লি । মতম পুম্নমক্তা মশা অদু শুকনুং নুংঙাইগন্দে । ময়ি অদুদা অতোপ্পা অমদগী লাক্লুনা ককথৎলবা অমসুং খুবী তংখায় চনবদা, খুজেং লোমদগী লাকপা ময়ি অমনা শমজিল্লরবদি,

মপা-মচা য়ান্না য়েৎনবা তৌগল্লি । মীনা থাং তেন্না য়ান্দুনা হাৎপা নত্রগা শা ঙানা শোকপা, পনবা তৌনগল্লি । মহু পানবগা য়েংথিনবা ওই । লমকেৎ - লমহাই (নাতোল্লং) ওইগল্লি, কোইগনবা ওই নুপীনদি লুনা চান্না তৌগল্লি । য়াত্তুনা তাক্লিবা ময়ি অসি ঈশ্বরনা পীবা, লাইনা থাবা, মীনি হায়না মসি " সামুদ্রিকা বিদ্যা, রহশ্য, হস্ত রেখা বিজ্ঞান্না" পাওতাক্তা লোইননা হায়রি । অদুগা ময়ি অদুনা তৎপা লৈতনা, খুদাং ফাওবা, ময়েক লানা চৎলবা মীওই অদুদি চহি ১০০ য়ৌনা পুন্সি হায়না - "ঋ্ শি কবিনা" উপমা পীরি । ময়ি অসিনা নিংথিনা, মপুংফানা চৎলবদি, মপা -মচা চান্নবা, পুন্সি তোল্লোইবা পিগনি হায়রি ।

মরম অমনা, ময়ি অসি চহি ১।১০।২০।৩০।৪০।৫০।৬০ অসিদা চহিগী মতাংদা, ফজনা, মপুং ফানা মীদুগী মশক তাকপশু য়াওরকই । নহাঙৈদা ময়ি শেংনা তাবা ঙমদদুনা, মফম কয়াদা অফবা গ্রহ লৈবা অদু, চহিগী খোংচৎকী মতুংইন্না, ময়ি অদু কাদুনা, মমৈদা অফবা ফম কয়াসু পীবা য়াওই । খুৎকী খুবাক অসি ময়ি শেংনা তরু - তনান্না থম্বনা মতম পুন্নমক্তা পুন্সিগী নোংমা নোংমগী নুমিৎ, থাগী, অমম্বা, অঙানবা থায়দুনা চৎলিবা অসিগা মীওইবগী পুন্সিগী খোংচৎতা চৎলিবা গ্রহগী খোংচৎকী মতুংইন্না ময়েক লানা শেংনা কারকপসু য়াওই । মসি নুংতিগী য়েংদুনা উজবা, মমল য়াম্রবা ঈশ্বরনা পীরকপা ব্রহ্মনুংদগী পিরকপা, সনা হিদাক য়াওদবা, "শকয়েং মিংশেলগুম্বা " অচৌবা পুন্সিগী লোইনবা মঙালগী লম্বী অমনি হায়দুনা, ঋষি কয়ানা "শাস্ত্রগী গনিত" অমা ওইনা পাওতাক কয়াগা লোয়ননা থাঙ্গৎলি । হৌরকপদা মপা অমসুং মমাগী ময়িগা য়েৎনদুনা লাক্লবদি মতম পুন্নমক্তা মপা-মমা অনি অদু চয়েৎনবা পুন্সি

ওইগল্লি । মমৈ থংদা তোঙান - তোঙানবা শাক্তংতা লৈথোক্লুনা পুন্সি লেল্লি । ইমুং-মহি লাংবা মতম পুম্নমক্তা থোংদ্রেন হানবা, সন্তানশী (মচা-মশু) গী মরমদসু ফত্তবা থোক্কল্লি । অমরোমদা হৈনৌজোম য়ুম্বাল ওইগল্লি। মপাগী ময়িনা, মমাগী ময়িদগী তেম্না চিংলবদি (য়াংলবদি) মপানা হাম্না শিগনি । য়াম্না তেম্না খুদাংদগী হৌরক্লুনা ককথংলবদি নৌনা মপা কায়নগনি। অমুক মতৌ অদুগুম্না তেম্না লাকপদা ময়ি  অদু মশা পাল্লবা, মরোং-মরোং কয়া লোংলবদি, মপা অদু মতম পুম্নমক্তা, ব্রাখল লৈতাদবা ওইবা, চরক চহিংনবা, পুন্সিদা তোংজবা লৈভবা অমসুং অব্রাবা কয়া থেংনরগা মচা মশুগী মপান চাফম খণ্ডদবা, লমখাংদা ঙাওবা অমসুং মদুনা মরম ওইদুনা পুন্সি মাংগল্লি । ময়ি অসিদা ইশা ইশাদা তোয়না য়েংজবা ফৈ । খুবাক্তা পুন্সিগী থৌরম কয়া তৌগদবা অসি ময়ি অসিনা চিংদুনা পীরিবনি হায়রি । মরম অদুনা, মীওইবগী খুবাক ময়িবু পুন্সিগী সনা হিদাক য়াওদবা, "থম্মোইগী শকয়েং মিংশেলনি" হায়রিবনি । অসিগুম্বা উপমা তৌদুনা পীরিবা অমসুং ময়ি য়াওবা খুবাক ২ বু ইপা - ইমানা পোকপিবদা উজনবা হাপ্পিরক্লে ।

২। ইমা খণ্ডনবা ময়ি হায়না চৎপা অমা :-

ইমা খণ্ডনবা ময়ি অসি (মাতৃ রেখা) হায়নসু খণ্ডনৈ । সংস্কৃত লোন্দা (শিরো রেখা) হায়নসু হায়নৈ ।

ইমাগী ময়ি হায়বা অসিনা খুদোম্নী কারক্তগী ইপাগী রেখা চা ময়িগা তিন্নদুনা থোক্লকপা খুবাক ময়াই তম্না, চুম্না লাক্লিবা ময়ি অসিবুনি । ময়ি অনি অদুনা পুন্না চত্তুনা অমসুং করিগুম্বা অমতা লোংথোকপা লৈতনা চৎলবদি ফজবা লৈখোন লৈনবা ওই । করিগুম্বা ময়ি অনি হায়বদি ইপা-

ইমাগী ময়ি অদুনা তিম্নদদুনা তোঙান-তোঙাম্না (শম্নদনা) চৎনরবদি মদু অশেংবা মপাগী ওইবনা পোকপা নত্তে। অতোপ্পা মীগী থারা (মচা) ওইগনি। মসি 'হস্ত রেখা শিক্ষা'' হায়বা খুবাক ময়ি য়েংনবা লাইরিক অদুদা ইদুনা অমদি লাইরিক্কী নিংথিবা পাওতাক কয়াগা লোয়ননা লাওরি।

অদুগা ''শিদ্ধান্ত কবিনা'' অমুক হায়রি। মদুদি ইমাগী ময়িনা চন্দ্র (নিংথৌকাবগী) ক্ষেত্র য়ৌনা শাংনা, চুম্না, য়াত্তুনা, চৎলিবা মী অদুগী পুন্সিদি ''অপমৃত্যু চত্তবা'' লমথাংদা চৎতবা (মাংদবা) আয়ু শাংবা হায়বদি চহি ১০০ ফাওবা পুন্সিবা ওই, হায়দুনা কবি অসিনা পাওতাক পীরি। ময়ি অসিনা, ইখোয় খোয়না পিক্লা নাপু থাংবা মাম্না চৎলবা অদুগা ময়েক শেংদনা চৎলবদি হকচাং অদু ফত্তে। অদুগা মমা মচা অনিমক (হৃদরোগ) থম্মোইগী মখল মখা অয়াম্বা লাযনা তৌগল্লি। মসিনা অমুবা কেতুগী লৈফম তাম্না, মথক্তা চত্তুনা তাখিবা মফম অদুমক্তদা, ময়ি অদুনা লৈফম তাম্না, মথক্তা চত্তুনা তাখিবা মফম অদুমক্তদা, ময়ি অদুনা চৎলবদি, মশাগী চহি ১৪।১৫দগী হেন্না পুন্সিসে মমা নত্রগা মচানা আয়ু হেনবা ওইগনি। অদুগা পোক্লিবা অঙাং অদুগী মপাগী ময়িনা শাংলবদি, পুন্সি অদু শাংই। ইমাগী রেখাগী মতোন অদুগী অরোম্বদা মচিন ২ থোক্লা খায়দোক্তুনা, চৎলবদি, মপা অদু নুপী অনি লৌনগল্লি। মমা অনি শুগনি। কনাগুম্বা মীগী খুবাক্তা মসিগুম্বা ময়ি অসি, অতোপ্পা ময়ি মশক উদনা অতোপ্পা মশক খঙদবা ময়ি কয়ানা অচুম্বা ময়ি অদুবু ননশিন্দুনা মাঙহনখ্রবদি য়াম্না নৌনা মমা মচা অনি অসি কায়নৈ। অদুগা মমাগী ময়ি অদুনা য়াম্না পিক্লা কোইরপ তৌনা চৎলবদি, মমা অদু পাঙ্গল শোল্লি, ঈ নুংশিৎ ফৎকন্দে। রেখা অদুগী ময়াইদা অকোইবা বিন্দু মতুম অমনা নন্দুনা লৈরবদি মমিৎ নামা

তাংই । অদুগা অনি লৈরগা অনি তাই । নত্রগা পূক্কী মনুংদা মতুম তাবা অমা কোইতাও তাওবা লৈগল্লি । থাজিন মতুম কাবা লায়না তৌগল্লি। মতাং অসিদা, ময়ি অসিবু অথোইবা "শাদ্য দেবী" গী মশক তাকপা অমনি হায়রি ।

মরম অদুনা ইপা অমসুং ইমাগী রেখা হায়বা অসি মচাশিংগী নুমিৎ অমসুং থাগী ঙানবা অদুগা মান্নবা প্রমান পীরি । ইপাগী রেখা, ইমাগী রেখা অনি অসিনা, মচাগী খ্বাইদগী মরুওইবা পুন্সিগী অফবা ফত্তবা খুদম কয়া পীদুনা অমসুং তাক্তুনা পুন্সি মাইয়োন য়াওনা চিংদুনা য়াৎপ্রবনি হায়রি।

ইপা-ইমা অনি পুন্না ময়ি অদু চুম্না কাখত্তুনা লৈরবদি মথক্তা হায়জখিবা ইপা - ইমাগী হৌরকফম তাফম অসি য়াম্না মরুওইবা খণ্ডজিনবিদুনা (রখা বিচার) তৌবিগদবা ওই ।

৩। ভাগ্য রেখা - লোইবক লেপ্পা :-

ভাগ্য রেখা হায়রগা (বিদ্যারেখা, ভাগ্যরেখা, ভোগরেখা) 'সম্পতি রেখা" হায়নসু খণ্ডনৈ । লাইবক পুন্সি হায়নসু খণ্ডনৈ । করিগুম্বদা ময়ি অসি অয়ুরেখা হায়নসু কৌই । সরস্বতি অমসুং শগোলশেনগা মান্নে হায়না অমদি "বিদ্যাগী সমুদ্র" হায়না মিংথোন ফংগল্লি । ময়ি অসি লাইবক লেপ্পা হায়নসু কৌই । ময়ি অসিনা খুনাওবী মরুদগী অমদি মরু মপাদগী খুদোম্বী তম্না তিল্লোকুম্না চৎলিবা রেখাবু লাইবক্কী রেখা ওইদুনা, লাইবক লেপ্পগী মশক তাকপা অমনি । রেখাগী ফজনা পুন্সিগী তৌগদবা থৌরম কয়া ময়ি অসিনা তাক্লি । মদুদি :- বিদ্যাগী ফল লন-থুমগী মরম, ইমুং -

মনুংগী নুপী অণ্ডাংগী মরম, ললোনবা, কলাবিদ্যা, মরাইবক ফবা ফত্তবা, রাজনিতি (থৌগল্লোন) সন্তান (মচা-মশু) গী মরম, ইপা, ইমাগী লন-থুম ফংবা ফংদবা পরিক্ষাগী মরম, কর্ম্মচারি, খুৎশা হৈবা হৈতবা, মশক-মতৌ অমদি ফিভম ফবা ফত্তবা, মশক মচুগী মরম, মরুপ মপাংগী মরম অসিনচিংবা কয়া খণ্ডনবা তাকই। মসি নুপাগী ওইরবসু, নুপীগী ওইরবসু অদুম ওইফম থোক্তনি। ময়ি অসিনা শগোলশেনগী লৈফম, খুদোম্বী তাং ফাওবা ষাংনা (শাংনা) কারবা, মতোন অদু ত্রিশুনগুম্না অদুগা তিংখংগী মতৌগুম্না, খায়দোক্তুনা চিংলবদি, লাইরিক লাইশু হৈবা মী ওইগল্লি। হৈত্রবসু ষাখল চংখোনবা, খুৎশা হৈগনবা হৈগনবী ওই, মীনা শনমান তৌবা, বুষি-লৌশিং লৈবা, পুকচেল চাওবা, প্রজাগী শেবা তৌবা থবক্তা মকোক ওইগনবা ওই। কর্ম্মচারী ওইরবসু অষাংবা থাক্তী ফম ওইগল্লি। রাজনিতি তৌরবদি দল অদুগী মকোক ওইগল্লি। ঙাংবা শকপদা হৈশিংবা, নিয়মনিতী খণ্ডবা অমসুং উকিলনচিংবা ওইগল্লি। মশাগী অদর্শবু কায়দনা (থাদোক্তবা) স্বতন্ত্র পাম্বা, থবক্তা পুক্লিং চংগনবা ওইগল্লি। অদুগা ময়ি অদুনা, খুদোনবী তাং মতোন য়ৌনা কাম্রবদি, মী অদুদি মহৈবিদ্যাদা মাপান নাইদনা "খণ্ডহৈবা পণ্ডিত" ওই। মহাক্তী ষাখল বুদ্ধী অদু স্বরশ্বতী অমসুং শগোলশেলগা মাম্নে, হায়না প্রমান অমা পীরি।

## ৪ শুবা অধ্যায় (তাক্কক)
## নুমিৎশিংনা রাহু অমসুং কেতুগা লোয়ননা
## লৈবা:- শগোলশেনগী লৈফম তাকপা ।

(ক) শগোলশেন্না খুদোম্বীদা লৈদুনা, ময়ি তাকপা, মীওইবগী পুন্সিদা শগোলশেন হায়বা অসি হকচাংগী পান্দম য়েংবদা মহাক্কী অফবা কয়া পীবি হায়দুনা, মহাকপু অথোইবা নুমিৎশিংগী গুরুনি হায়দুনা "গুরুবার" হায়না কৌই, হায়দুনা কবি শিদ্ধান্তশিংনা ৱাংনা থাংগৎতুনা লাওব্রে ।

মরম অদুনা শগোলশেন্না লৈরিবা খুদোম্বী অদুদা ময়িনা ৱাংনা শাংনা চুম্না কারবা কারিবা মী অদু মীথোই মীহেনবা ওইগল্লি । মরমদি খুদোম্বী অসি শগোলশেন গ্রহগী (মশাগী) উচ্চগী স্বক্ষেত্রনি । অৱাংবা খণ্ডনবা য়ুমফমনি । মরম অদুনা, মতাং অসিদা "দেব গুরু" অসিনা উচ্চ ওইরবা মী অদুদি তিক্ষ্ণ বুদ্ধি লৌশিং অদু য়েৎতুমগুম্না, মতোন থৌনা তুম্বা ওই হায়না উপমা পীরি । ঈশ্বরনা মহাক্কী থৌজাল কয়া পীরিবা (বিদ্বান) পণ্ডিত ওইবা, আরা-অরি (অয়েৎ-অরৌ) কয়া লৈতবা, লৌশিংনা খুৎলাই ওইগনবা খুদোংথিবা কয়া তারবসু নাকন অমদা ঙাকলৌ পাম্বে লৈ । হায়রিবা ময়ি অসিনা খুৎনাওবী অমসুং খুৎনিংথৌ মপাদা লেপখ্রবদি মী অদু কয়া ৱাংবা লৈতে । মঙান খরদি লৈগনি ।

করিগুম্বা ময়ি অসিনা খুদোম্বী অম্মী লাক্লগা, লমথাংদা অমদি খুৎয়াইগা তাইনবদা (খুরজা) লেপ্লবদি মখোগা খুরজা নাহল্লবদি (হৈথদুনা চৎপ্লবদি) অহানবদা মাম্মী ফরল্লগা, অরোইবা থবক কয়াদা ওক্লা নিল্লগা, হইনা মনাথাবা হায়বা প্রমান অমা লৈবা অদুগা মান্নে হায়দুনা তাক্লি। অমরোমদা তৌরুবা খুদিংদা উৎতা ঘী হৈবা তাগল্লি।

তৌরুবা থবক অদুগী শরুক অহমথোকপগী শরুক অমা ফংদুনা থম্মোই য়েত্তুনা, উনা-উনা, খগুনা-খগুনা পেন্দবা কয়া থোক্তুনা নিংদোম পোমদুনা তোক্কল্লি। মসি থম্মোয়নদি য়াং লাইবক্কদি নেম হায়বদু ওইগল্লি। অদুগা অমরোমদা শুগনবা লায়রবা, চাগনবা য়াংগনবা হায়বা অদু ওই। মসি কবি সিদ্ধান্ত ওইবনা থাজত্তুনা "হস্তরেখা শিক্ষা" কৌবা লাইরিক্লা লাউরি।

অদুগা শগোলশেল গ্রহনা লৈরিবা অদু ফাওবা, চুম্না লাকপদা লমথাংদা, ময়ি খরনা, কক্তুনা চৎনবা লম্বী অমা লৈরবা নত্রগা মণ্ডোন্দগী ময়ি খরা খায়দোক্তুনা মশা কয়া লোংদুনা চৎপ্লবদি মী অদু শগোলশেন ময়িনা লৈফমদা য়াংনা, খুদোম্বী মভোন য়ৌনা কারবসু, মীনা খরা য়েৎশিনবা, লম য়াম্না পুবা, য়াথলগী কোক য়াম্না শাবা ওই। মীনা য়াওজবা য়ামই। প্রমান অমদা মীরাং খাও ঙমদা লমজা পুই হায়বা পুল্সি ওইগল্লি।

(খ) শনিনা খুৎয়াইদা তাকপা ময়িগী ফল :-

শনি অসিসু খুৎয়ায়গী মপা অসিদা লৈদুনা, (ভাগ্য রেখা) হায়না খগুনৈ। ভাগ্য রেখা (ময়ি) অসিনা, শানিনা লৈরিবা খুৎয়ায় মপাদা লেপ্লগা, ত্রিশুলগুম্না মচিন অদু ৩ লোংদুনা খায়দোক্তুনা লেপ্লবা অমসুং

খুৎয়ায় মপাদা কারবা মী অদু ব্রা য়াম্না ঙাংগনবা অরোনবা থবক্ তৌগনবা চিংনগনবা ওই । মীনা লাকচবদি য়াদে, বিদ্যাসু ময়াই ওইনা ফৈ । ধর্ম্ম, কর্ম্ম, শাস্ত্রগী বিবেক ফবা, নিতি কনবা, খুৎশাগী হৈরবদি লেম্না মাংবা মীদি ওইদে । ময়ি অদু ত্রিশুলগুম্না থায়দোক্ত্রবদি, খুৎয়াইগী মপাদা লেপত্রবদি ওন্নতৈনবা লম্বী চৎকনি । মরম অদুনা শনিনা খুৎয়াইদা ক্ষেত্র (য়ুম্ফম) দা উর্দ্ধরেখা লৈরিবা অদু, ইশানা য়েংজরগা, লাইবক্কী থেল চাং থগুজবা ঙমগনি ।

(গ) নোংমাইজিংনা খুৎনিংথৌদা ক্ষেত্র ওইনা ময়িনা লেপ্পা :-

নোংমাইজিং ময়ি অসিসু য়াম্না মরু ওইবা গ্রহ অমনি । ময়ি অসিনা খুৎনিংথৌগী মপাদা লেপ্তুনা লৈপ্রবদি মহে বিদ্যা অমদি খুৎশা হৈবা থরা ব্রাৎলি । অদুগা ময়ি অদুনা, খুৎনিংথৌরোমদা য়ুংনা কাপ্রবদি মহে মশিংদা নিংথিনা থগুবা অমসুং য়াম্না তপ্পা ওই । মতিক মঙ্গান চাওনা ঙাল্লি। মখুৎ মশাসু ফজগল্লি । পুন্সিসু থোইনা তেন্দে । ফত্তবা শঙ্গ তৌরবদি মমৈদা তুম্না মাংগল্লি ।

(ঘ) য়ুমশকৈশানা খুৎনাওবীদা ক্ষেত্র ওইনা লৈবা :-

খুৎনাওবীগী মনাক অমদি মথোং মফম অসিদগী কারকপা মথিনা, মফম অদুদা লেপথোক্লুনা, লমথাংদা নৈশিন্দুনা লৈপ্রবদি মী অদু মরন মথুম তানবদা অমসুং মহে মশিংনচিংবা তানবদা অরেম্বা তাগল্লি । অমরোমদা মসিনা ভাগ্যা রেখাসু ওইবনা চুম্না চত্তুনা খুৎনাওবীদা কাপ্রবদি মহে মশিং কয়া ফবা, থবক তৌরুবদা কায়রবা ফংগল্লি। পুক্লিং লৌশিং চাওথৎপা ওই । অহানবা হৈরকপা মতমদা ফত্তবা ওইরবসু মমৈদা ইংনা

তপ্না ফগৎপা মীনা লাকচবা ঙমদবা ওই । মীথোই মীহেনবা ওইরকই । মপুক লুবা অমদি শান্তি ওইনা লৈগনি । লাইয়েকপা হৈবা উগুবা অমদি খুনাইবা ওইগনি । তুংদা লাক্কদবা পুন্সিগী থৌরম থগনবা ওইগনি ।

(ঙ) লৈপাকপোকপনা লৈবা অমদি মফম তাকপা :-

ময়ি অসিনা খুজেং মমাংগী খুৎনাওবী তম্না, য়ুংনা কারবদি অদুগা খুজেপ্তা লৈবা মযি অসিনা য়ুংনা অরোয়বা লৈতনা, চুম্না কারবদি মী অদু থৌনা লৈবা, মীনা তাকশিনবা য়াদবা (অধিপাত্য) ওই । মযি চুম্না অমদি য়েৎনবা লৈতনা, (অয়াতোন ক্ষত্র) য়ৌনা কাখ্রবদি মী অদু শিকচরবসু থৌনা ফবা, খৎন চৈনবা তৌগনবা, পাপকী থবক্তা চৎপা পামই। ময়ুম মকৈ পানবা মতমদা নুপা, নুপীগী (দমপতি) গী নুঙাইনা কয়া ফংগন্দে । হুই অঙাওবগী মতৌগুম তৌগনি । ইমুং মনুংদসু (রন্দ ভন্দ) মাং তাক্লবা তৌগনি । হৈনৌ জোম য়ুম্বালগুম তৌই । অহানবা নুপীঅদু শিগনি । অহানবা মচাসু পুন্সিদে । মসি খুৎনাওবীগী খুজেপ্তা লৈবা লৈপাকপোকপগী ক্ষেত্র য়ৌনা মযি অদুনা য়াংনা কারকপগী য়াফম্নি ।

(চ) নিংথৌকাবনা লৈবা ক্ষেত্র খুৎনাওবী মপাগী খুজেং মনাক্তা ময়িনা কাবা :-

মযি অসিনা তাকপদি খুৎনাওবী মপাগী খুজেং ময়াদা চন্দ্রগী (ক্ষেত্র) মফম হায়বনি । মসিসু ভাগ্যগী য়েংনবা তৌগনি । মযি অসি খুজেং ময়াদগী কাখৎলক্লুনা য়ুংনা মশা পানবা তৌদনা, অপেবা লৈতনা, অতৈ ময়িনা য়েৎশিনবা তৌদনা চন্দ্রগী মফম য়ৌনবা কাখৎলবদি মী অদু বিদ্যগী য়াখললোন (বিদ্যাপন) লেখকনচিংবা ওইগনি । ফিজেৎ লৈতেং

তৌরকপদা মীনা নুংশিবা, কল্লক মীহৌবা, ঙাংবা শকপদা মীনা তানিংবা ওইবা, কেবা মৌবা (অলঙ্কার) তৌরকপদা হিয়াং কুম্মেগুম্না য়েংনিংবা পোকই । য়াম্না (গম্ভীরতা) চীংলেম্বা ওই । মপুন্সিসু শাংই । মরন মথুম চেনবা কারবার তৌবদা পক্লবা পুন্সিদি (অরা - অরি) য়েংথোক-য়েংশিন লৈতবা ওই । অফবা নুপী লৌদুনা, মচা মগুগী মপান নিংথিনা চাদুনা, খুয়া তুশিংনা হিংদুনা লৈগনবা ওই ।  অফবা নুপী লৌদুনা, মচা মগুগী মপান নিংথিনা চাদুনা, খুয়া তুশিংনা হিংদুনা লৈগনবা ওই । অসিগুম্বা মী অসিদি অৱাংবা থাক্কী মী ওইগন্নি ।

"কবি শিদ্ধান্ত"না হায়রি - "হস্তরেখা বিজ্ঞান" হায়না কৌবা লাইরিক অদুদা হায়রি । অসিগুম্বা মীওই অসিদি শিরবা মতমদা চন্দ্র লোক্তা চংলি  হায়ন্না লাওরি । পোকচবগী মহে য়াল্লে হায়দুনা লাইরিক অদুদা ময়েক লানা হায়রি ।

মথোই অদুদি অফবা (শুনাম) মিংচং উরোং খিল্লন্নগা মতম চানা সংসারদগী ত্যাগ তৌই হায়না কবি শিদ্ধান্তনা "হস্তরেখা বিজ্ঞান" হায়বা লাইরিক অদুনা শাক্ষি ওইদুনা পীরি ।

অহুম্নদি ওইরগা, হিংলিঙৈদা লোক্কী লায়না চেনবা অমসুং ঈশিংগী মরীদা ফত্তবা রোগ পোক্কনবা হায়না কবি অসিনা কম্না লাওরি ।

(ছ) ঈরাইনা খুবী মথাদা অমসুং খুবাক্কী শরুক খরা য়াওনা লৈবা :-

ময়ি অসি অফবা খুদম অমা ওই । মদুদি :- ময়ি অসিনা য়ুংনা কারবা মী অদুদি, মশা নানবা রাজনিতি (থৌগল্লোন) খঙবা অমসুং অঙাং

ওইহরিঙেদগী মশক মতৌ ফজবা, ময়ুমসু ঙম্না পানগনবা ওই। (কলাবিদ্যা) পুং, দঁশে, জগোই অমসুং হরাও কুম্মে য়াম্না হৈগনবা মীনা সনমান তৌবা মীনি। লায়েংবনচিংবা থবক্তসু নিংথিনা খঙহৈবো ওইগল্লি।

(জ) রাহুনা খুবী মখোংদা লৈবা :-

খুবীগী মখোংদা লৈবা ময়ি অদুবু রাহুগী ময়ি হায়না খঙনগনি। ময়ি অসিনা খুবী মরুগা তাইনবা, খুবাক মনাক অসিদা লৈবা মতমদা রাহুগী রেখা কৌই। ময়ি অসিনা লৈই লাহোক্তুনা য়ুংনা কারবদি শেরান্নবা, অঙাওবা ব্রাখল ওইগল্লি। মীগা খৎনবা পামগল্লি। থম্মোই কনবা মীওইদি হৈচেৎ-হৈকাই ওইনা তৌগল্লি শাওগল্লি। লৌনম তৌগনবা, মশাসু চগৎ চগৎ লাওবা ওই। মরেপ খরদি ব্রাংই। মশাগী কান্নবতা তৌবা ওইগল্লি। অকল অথৌ শাগনবা ওই। মীগী মপান্দি তাংগন্দে।

(ঝ) কেতুনা খুবাক্তা লৈবগী মরম খরা :-

ময়ি অসিদ্দি খুদোম্বীগা খুবীগা তাইনবা অহোবা অসিদগী হৌরক্তুনা মাতৃগী রেখা মনাক্তা চত্তুনা, মথকলোমদা খর চত্থৎনা লৈরিবা অদুবু কেতুগী ময়িনি। ময়ি অসি লৈবা মীদি ইনাকখুনবা, মহৈ-মশিং হৈগনবা ওই। অদুগা কল্লক চাওগনবা ওই।

# ৫ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# খুবাক্কী মচু মঙা লৈবা

ঐখোয় মীওইবগী খুবাক অসি মচু ৫ লৈ । মদুদি :-

১। অঙাংবা মচু ।

২। অমুবা মচু ।

৩। শংবানবা মচু ।

৪। গুলাবি মচু ।

৫। য়াইঙং মচু অসিনি ।

মথক্কী মচু ৫ অসিসু "খুবাক ময়ি" গী ফজ য়েংবদা অক-ফত্তবা নিংথিনা খঙবা ঙমই । মচুশিং অসিগী মতুংইন্না মাগী মাগী মওং মতৌ পুম্নমক খঙবা ঙমই । মসিগী খুদম কয়াসু তাক্লি ।

১। অঙাংবা মচু :-

কনাগুম্বগী খুবাক অদু ময়িগা লোয়ননা য়াম্না ফজনা ঙাংলবা মী অদুদি লাইবক ফবা ওইগল্লি । কলা, বিদ্যানচিংবা হৈগনবা ওই । মশা নানবা অমসুং মীনা ইকাই খুম্নবা ওই । ঙাংবা শকপদা নুংশিবা তানিংবা ওই । কামগী থবক্তসু, নুপী ওইরবসু, নুপা ওইরবসু কাম য়াম্না পামগনবা অমসুং অফবা নুপা-নুপীসু গোক্কল্লি ।

২।  খুবাক ময়াইগী অমুবা মচু :-

কনাগুম্বা মীগী খুবাক অদু ময়িগা লোয়ননা অমুবা মচু ওইরবদি অদুগুম্বা মী অদু উনশাদা পাকপা লায়না শাওগনবা, হম্বা মীগা তিম্নবা (লোয়ননা) মরন মথুম কৌবা (ব্রাৎপা) মীব্রা মীশা তাগনবা লমচৎ কয়া ফত্তবা চৎপা, লায়না য়াম্না চেনগনবা ওইবা, মবুক চুমগন্দবা, ওইবা পুক্কী লায়না তৌগল্লি ।

৩।  শংবানবা মচু :-

খুবাক ময়াই অসি ময়িগা লোয়ননা শংবানবা মচুনা কাবা ওইরবদি, থম্মোই শোনগনবা, নেশা চাগনবা, পুম্সি তেনগনবা ওইগল্লি । খঙহৌদনা অশোক অপন তৌগল্লি । মচু অসি কাবা মীদি শারে ওই । ধর্ম্মদি থোইনা কায়দবা ওই । শাওরবদি মথোং চাগনদবা ওই ।

৪।  গুলাপ মচু ওইনা তৌবা খুবাক :-

কনাগুম্বা মীগী খুবাক ময়িগা লোয়ননা গুলাপ মচু ওইরবা হায়বদি, ঙাংলৈনবা মচু ওইরবা নুপা, নুপী অদুদি ব্রাখল চাওবা বুদ্ধি চংখোনবা, লমচৎ ফজবা, মীনসু নুংশিবা, কলা বিদ্যা অমদি লাইরিক লাইশু হৈবা, কবিগী ব্রাখল চেনগনবা, লাইবক ফবা ওইগল্লি, তর্ক য়াম্না হৈবা ওই । মশি অঙাংবা খুবাক মচুগা মান্নবা ওইনা তৌই । পুক্সিসু থোইনা তেন্দে ।

৫।  য়াইঙং মচু (নাপু) মানবা মচু ওইবা :-

কনাগুম্বগী খুবাক ময়াই অদুগা, খুবাক ময়িগা মান্ননা য়াইঙং মচু হায়বদি নাপু মচু ওইরবদি, কোক্কী লায়না তৌগনবা, চনিং হাপ্পা, অমাংবগী লম্বীদা চাংনাইদবা ওইগল্লি । নুপী ওইরবদি মশা অদু চবেৎ চবেৎ তৌবা ওই । মতৌদি শতি মওংদা চবেৎনবা ওইগল্লি ।

# ৬ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# খুবাক্কী মওং মতৌ খরা তাকপা

১। খুবাক ময়ায়দা কুৎপা :-

কনাগুম্বা মীগী খুবাক ময়াই অদু কুৎলবদি অদুগা মওং চুমদবা হায়বদি চেপ্তুক তৌবা ওইরবদি, অন্না অনা নংগনবা, লমথুম লিকপা, (পৈতৃক সমপতি) হায়রবদি মপা মপুগী লনথুম মাংহনবা অমসুং মীগা য়েৎনগনবা ওইগল্লি। অদুগা অমুকসু খুবাক অদুনা মরেক মহাও থোক্তবা, ইকং কংবা ওইরবদি, শৌ-শৌ লাওবা, কয়া যোন্দবা, নুপা, নুপী অদুদি পুন্সিদা য়াগনবা অমসুং অয়েৎপনা য়ামগল্লি।

২। খুবাক ময়াইদা অতোংবা ওইবা :-

কনাগুম্বা মী অদুগী খুবাক ময়াই অদু তোংলবদি মতম পুম্নমক্তা লন থুমগী মপু ওইবা, নুঙাইবা ওইবা, থবক্তা য়ারবা মতমদা ঈশ্বরনা থৌজালবীবা ওইদুনা, লাইবক ফবা ওইগল্লি। অদুগা থেঙ্গুগী মনমগুম্না তোংলবা মীশিং অদুদি অমুক হেন্না মপা মপুগী থনম্বা লনগী মথক্তা হেনগৎপা হায়বদি অতোংবদা লৈথোনবা ওইদুনা মীথোই মীহেনবা ওইগল্লি।

৩। খুবাক ময়ায়দা ময়ি কুপকাই য়াম্না লৈবা :-

কনাগুম্বগী খুবাক ময়ায়দা, ময়ি কুপকাই য়াম্না হায়রদি মকুপ য়াম্না লৈরবা অদুগ্না ইপা-ইমাগী অমসুং বিদ্যাগী রেখাদা য়াম্না য়েৎশিনবা ওইরবদি মী অদু য়াম্না য়াগনবা, থবক্তা পোৎথাফম খণ্ডবা অমসুং মতম

পুন্নমক্তা থবক্তা খুরৌ লাংয়েৎনবা ওইদুনা, নুঙাইবা খঙদবা, পুন্সি ওইনা লেনগল্লি ।

৪। খুবাক ময়াইদা ময়ি য়াম্না লৈতবা :-

কনাগুম্বা মীগী খুবাক ময়ায়দা ময়ি য়াম্না লৈত্রবা মী অদু থবক শুনিংদবা, ব্রাখল ওন্ন-তৈনবা তৌগনবা অমসুং ব্রাগনবা ওইগল্লি । অদুগা ব্রারেম থৌরেম ঙাংবসু য়াম্না পামগল্লি ।

৫। মপাগী ময়িনা তাকপা মচাগী মওং :-

কনাগুম্বগী খুবাক ময়াইগী, ইপাগী ময়ি রেখানা খুদাং ফাওবা চুম্না চিংলবদি মী অদু অশেংবা মপা ওইদুনা অমদি মমা অদুশু অশেংবা মমা ওইদুনা হায়বদি মশা মশাগী হক্কী অশেংবা ঈনা পোকপা মচা ওই । অদুগা পুন্সিসু শাংগনবা ওই । অদুগা ময়ি অসিগী মথক্তা বিন্দু চক্র অমনা নন্দুনা লৈরবা মী অদুদি মমিৎ নামা তাঙই । অদুগা অনি লৈরবদি মমিৎ অনিমক তাঙই । মসি হক্তা রেখা "বিজ্ঞান বিচার" হায়বা লাইরিক অদুনা শেংনা হায়রি ।

৬। লিরুংগী খুদম ওইনা খুবাক্তা লৈবা :-

মী অদুগী খুবাক ময়ায়দা লিরুং শাদুনা কোন্দুনা লৈরবা অদুগা থম্বালগুম্না শাৎকায়বগী মওংগুম লৈরবা মীশিং অদুদি পুন্সি শাংই । মরাইবক ফবা ওইগল্লি । নিংথৌগুম্না নুংঙাইবা পুন্সি ওইগল্লি । মরন মথুম পুংবা ওইগল্লি হায়বদি লন-থুমগী মপু ওইগল্লি ।

৭। নুপীগী খুবাক্কী মওং খুদম কয়া লৈবা :-

কনাগুম্বা নুপী অদুগী খুবাক্তা শমু ময়াগুম অমসুং কার্টিগুম্না তৌবা অমসুং চোংথোকপিবগী মতৌগুম্না লৈরবা নুপী অদুদি নিংথৌগী নুপী ওইগল্লি । নত্রগা নিংথৌগা মান্নবা নুপাগী নুপী ওই । অদু নত্রগা মচাপোকপদা নিংথৌগা মান্নবা মচা পোক্কল্লি । চাক্কী লনগী মপু ওইদুনা, মীথোই মীহেনবী ওই । পুন্সিসু থোইনা তেন্দে ।

# ৭ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
## ময়িনা খুদাং মখোংদগী খুৎশা য়ৌনবা চৎপা :-

১। খুদাং মখোংদগী খুবাক ময়ায় তম্লগা, চুম্না, য়ুংনা ময়িনা খুৎয়ায় য়ৌনা কাখিবা, খুজেং অমসুং খুদাংদগী মখোং তাইনফম মফম অসি (কবজি) হায়না খঙনবা মফমনি । মরি অসিনা হায়রিবা খুবাক ময়ায় লান্দুনা, খুৎয়ায়গী মরু য়ৌদুনা লৈরিবা রেখা অদুদি মী অদুগী খ্বাইদগী ব্রাংলবা লাইবক্কী ফল ফংবা, মীয়ামগী মকোক ওইবা অমসুং নিংথৌগা মান্নবা হিংবা পুন্সি ওইগনি । অফবা থবক্তা মীয়ামগী সেবা তৌগনবা হায়বদি (ভুপতি) লৈপাক্কী মপু ওইগনি ।

২। "যব" রেখানা খুবাক ময়ায়দা য়াত্তুনা লৈবা :-

"যব" হায়বা অসি ফৌগী মওং মান্নি হায়দুনা কৌনবনি । মসিগী মওং মানবা অমসুং ঙাগী মমৈগী মতৌগুম কাদুনা ময়ি অদুনা খুবাক ময়ায়দা লৈরবদি, অদুগুম্না নুপা, নুপী অদু ব্রাখল লৌশিং লৈবা, কলা বিদ্যাদা হৈশিংই। করি অমুক হায়গনি । মরন মথুম মপুং ফানা লৈবা অমসুং "শ্রেষ্ট গুপ্ত বিজ্ঞান পণ্ডিত" হায়বদি য়াম্না খঙহৈরবা পণ্ডিত অমা ওইগনি ।

৩। পিতৃ রেখাদা ময়ি অনি থোন্দুনা লৈবা :-

পিতৃ রেখা হায়বদি ইপাগী রেখাগী (ময়িগী) চৎথিবা অদুগী মথক্তা, অমুক ময়ি অমসুং থোন্দুনা (লোন্দুনা) চৎলবদি, অদুগুম্না ময়ি অদুদি

"সুখের উপরে" হায়বদি অফবগী মথক্তা, অফবা কয়ানা" হায়বদি নুঙাইবগী মথক্তা, নুঙাইবগী ইনোৎ ইপোম" ওইবা পুন্সি অমনি হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা ময়ি অনি থোনবা হায়বদি অমগী মথক্তা, ময়ি অমনা, চুম্না, হক্তুনা চৎলবদি অদুগুম্বা নুপা, নুপী অদুদি মরাইবক ফবা, অফবা মচা মশু ফংবা (সন্তান) পুক্কে-লনগৈ চোম্না, নিম্না থোংনা, মপা মপুগী, মঙান অমসুং কৈরাক থাবা ওইনা পানবা ওইগনি। মীদু মহে-মশিং হৈবা, নিংথৌগা মান্নবা, হিংবা পুন্সি ওইগল্লি। অসিগুম্বা রেখাগী (ময়ি) অনি চৎপা মীদি পংনা থোক্কে। মসি শত করা ১০০ (চাম্মগী) মনুংদা ২৫ (কুনমঙা) য়াওগল্লি।

# ৮-শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# খুজিনগী মওং মতৌ য়েংবা

১। খুজিনগী মওং :-

কনাগুম্বা মীগী খুজিন অদুনা, মচেৎ-মকায় হায়বদি চিহৈ চিঙোন নাইবা, মতোং মকুৎ নাইবা অদুগুম্বা মী অদুদি থবক চিনগনবা ওইগল্লি। খুজিনগী মতোনশিং অদু অমুবা অমদি ককই হায়বদি মচু অদু ময়েক মশোন শেংদবা ওইরবদি মী অদু মাগী স্বপরিবার (ইমুং-মনুং) মরী-মতা ফৎকন্দবা ওইগল্লি। মথল মথাগী লায়নানসু পক্কুনা মশা অদু হৈঙম শীংঙমদবা ওইগল্লি। মিৎ অসিসু নুঙাইগন্দে, কোক ঙাওগনবা, খাং-য়াংলেন নাগনবা, চিক্লি শারি তৌগনবা, ঈ শেংদর্বনচিংবা তৌগল্লি।

২। খুজিন মতোন য়েংবা :-

কনাগুম্বা মীগী খুজিন মতোন অদুনা মতোন তুমতক্লা, কোয়দানবা তৌরবা, পিক্লা থরদা মতোন্দা নপ্পুনা পানবা, থরো মরী খোকপগী (থরো অঙাংবগী) মতৌগুম্না কোইরপ্পা চেন্দুনা, ঙাংলেননা খুজিন অদু পাল্লবদি, মদুগুম্বা মী হায়বদি নুপা-নুপী অদুদি পদবী (ফমথোন, মিংচৎ) ফংবা অফবা থবক্তা মিংচৎ লৈগনবা ওই। মহৈ মশিংদসু হৈগনবা অমসুং লেখক্লচিংবা ওইগল্লি। কলা বিদ্যাদসু য়াম্না পামগনবা মী ওইগল্লি।

# ৯ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# খুৎকী খুদোন মঙাগী মরম খরা তাকপা

১। খুৎকী খুবী অদু য়াম্না তেক্লা হায়বদি তেকথোক্লা, লোংনা পানবা মী অদুদি মবুক খোয়বা, নাপন চাওবা, নাপন কাবা, ঙক ক নবা ওইগল্লি। লাইবক খরা ফত্তবা ওইগল্লি। মানা তৌবনা মফরে থল্লি। মীবু থাগৎপদি য়াম্না হৈ। মীগী মবুক ফানবা হিরি কোনবা য়াম্না হৈগল্লি। মীতেক মীরৌ তৌগল্লি। অদুগা হুৎফেৎ খরসু তৌগল্লি। ব্রারৌ পুরৌবসু তৌগল্লি। মীবু থৌদোক থৌজিন য়াম্না শাম্নগল্লি।

২। খুবীগী মওং খরা তাকপা :-

খুবী অদু খরা শাংতক তৌবা, কয়া থোৎনৌদবা মী অদুদি করিগুম্বদা খুদোংথিবা অমদি অব্রাবা নংগল্লি। খুবী অদু চপতিংদবা, কোল্লপ - পোল্লপ তৌবা অদুসু কয়া ফত্তবা ওই। অদুগা থম্মোই অমসুং পুকচেলদি কল্লি। অদুগা থবক খুদিংগী নিংবা কয়া থুংগন্দে। নিতিদি ফজে শিনফমদি য়োৎ থাংগী থবক তৌবা, মাইবা শাবা, কবি রাজগী অমদি ডাক্তরগী থবক তৌবদা পক্লবা শিনফম্নি। অদুগা খুবী অদু তেল্লবা অমদি পঙবা ওইরবদি কয়া হৈঙম শিংঙমদে। মমা নিংবা অদুতা খন্দুনা লৈগনবা ওই। মবুক মনুংদা লৈবা ব্রা অদু কয়া হায়দোকপা ঙমজদে। থম্মোইদি য়াম্না শেংজবা ওই। মীগী মাঙনবা কয়া তৌগন্দে। অঙম অরাইদি কয়া খঙদে।

৩। খুবী তিংবা অমসুং মপোপ লৈনা ওইবা মওং :-

কনাগুম্বা মীগী খুবী অদু চপতিংবা, মরু লুক্না পাল্লবদি পুকচেল নৌবা অমসুং নোল্লুকপা ওই । মশাগী ওইজবা কয়া তানবা তৌগন্দে । মরুপ মপাং তিন্নবা, ময়ামগী থবক তৌবা পামগল্লি । মীপক মীব্রাই ফগল্লি। কুম্মৈ ফিওং পামগনবা, মখুৎ মশা হৈগনবা, শিংগনবা অমসুং মহে মশীংদা চংখোম্না খঙহৈবা ওইগল্লি ।

৪। খুদোনবী মরম খরা :-

খুৎকী খুদোনবী অসি শগোলশেন গুরুগী লৈফমনি । মসি খুৎশা পুম্নমক্কী মরু ওইবা মফম অমনি । খুদোনবী অদুনা মপুং মরৈ ফারবা য়াম্না নিংথিনা শাংলবা অমসুং মতোন তুমতক তৌরবদি মরাইবক ফবা, মহে-মশিং হৈবা ওই । মীগী মতেং লৌদনা (য়াওদনা) হিংবা ঙম্বগী শক্তি লৈগল্লি । খুদোনবী অসিনা য়াম্না হেন্না শংলবদি, মীথোই মীহেনবা ওইগল্লি। মসিগী প্রমান অমনা ফারসিগী (ফ্রান্স)কী সম্রাট (নিংথৌরেল নেপোলিয়ন অসি মাগী খুদোনবী মদু হায়রিবা মওং অসি ওইবা মরম্না খ্বাইদগী মীথোই মীহেনবা ওইদুনা, তৌবা ঙম্বা শক্তি কয়া লৈদুনা ফাওরবা, থৌনা ফবা ওইখি । মসি হাস্তদেখা লাইরিক অদুদা নিংথিনা ইদুনা তাক্লি। মহাক অসি খুদোনবী চপ য়ুংনা পানবা, য়াম্না হেন্না শাংনা পাম্বা ওইখি হায়রি । খুদোনবী অদু থোইরবদি কয়া ফত্তে । অমসুং মপুক্সিদা, মী অদু য়েখায় থিনগাইগনবা অসি তোইনা থোকই ।

৫। খুৎয়ায়গী মরম তাকপা :-

খুৎকী খুৎয়াই হায়বা অসি শনিগী লৈফমনি । খুৎয়ায় অসি মপুং মরৈ ফারবা অমদি কোন্দবা , পৈবা, চেপ্পা তৌদবা, চপ তিংনা পানবা মী

অদুদি অঙ্ক (গনিত) ফগনবা ওই । বিজ্ঞান শক্তি লৈ । মাং তুংগী ৱাখল লৈবা মী ওইগল্লি । অদুগা খুবাক ময়াইদগী, বিদ্যাগী রেখা মনাকতগী লাক্কুনা, খুৎয়াইগী তাং ফাওবা, রেখা অদুনা কারবা মী অদুদি অফবা ওইগল্লি । কামগী লিলাগী মরমদসু ফগনবা মী ওইগল্লি । অদুগা খুনিংথৌদগী হেন্না পিক্লবা থিবা, (প্যালপন) ৱাখল শেরান্নবা, চোইত্রং পাত্রং তৌগনবা অমদি শারে হৌগনবা মী ওইগল্লি । অদুগা লোক চেনগনবা লায়না ওই । খোইদ্রিং-খোইদ্রাং তৌরবা মী অদুদি মরাইবক ফংকন্দে । খুৎকী তাং খুদিংগী অমুবা মরি মরি চেনবা মী অদু থাতুগী লায়না পক্কল্লি । ঈশিং নুংশিৎসু য়াম্না ফংকন্দে ।

৬। খুনিংথৌগী মরম তাকপা :-

খুৎনিংথৌ হায়বা অসি খুদোন খুৎশা পুম্নমক্কী নিংথৌনি । মসি অমরোমদা নোংমাইজিংগী উচ্চগী লৈফমনি । মসিনা নিংথিনা শাংলবা, অকোনবা অমদি পৈবা চেপ্পা তৌদ্রবদি অমসুং মতোন তুমতক তাববদি মীদু ৱাখল লৈবা, মীয়ামগী থবক্তা থৱায় য়াওবা, মতিক মগুন কয়া চেনবা ওই । অদুগা তাং অদু তেল্লবা, অকোনবা ওইরবদি মহে মশিং কয়া হৈগন্দে ।

৭। খুৎনাওবীগী মরম তাকপা :-

খুৎনাওবী অসি য়ুমশকৈশগী উচ্চগী লৈফম অমনি । খুৎনাওবী তাং অদুনা খুদোনবী মতোনগা শাংবা মান্নরবদি পাণ্ডিত ওইবগী গুন কয়া চেনবা ওইগল্লি । অমরোমদা ঈশ্বরগী শক্তি চংলবা মী অমনি হায়রি । মসি সামুদ্রিক হৈরবা কবি কয়ানা ৱাংনা থাজৎতুনা হায়রি । খুৎনাওবী অদুনা মওং মরিন চুমদ্রবা, খোয়রবা পৈবা চেপ্পা, তাংবোমগুম্বা নাইদুনা তৌরবদি

মরাইবক থিবা ওইগল্লি। মথল মখা অয়াম্বা লায়নাসু পক্কল্লি। অমরোমদা মীখা পোনবা মী ওইগল্লি। ময়ি হায়বা অসিসু মরুওইবা, মীওইবগী মরু ওইবা খণ্ডবা য়াবা পাওতাক্লা খুদম ওইনা পুন্সিগী তৌগদবা তুংদা লাক্কদবা হিরম কয়াসু তাক্লবা রেখা অমনি। রেখাদগী পাওতাক নিংথিনা খণ্ডলবদি, পুন্সিগী শজেল তৌনবা কয়া খণ্ডজবা য়াই।

ঐখোয় ইশাগী জন্ম কোঠি লৈত্রবসু, খুবাক ময়ি অসি নিংথিনা খণ্ডলবদি, পুন্সি অসিদা তৌগদৌবা হিরম কয়া নৈনদুনা, অফবা খংবা ঙমই। অসিদগী পাওতাক কয়া লৌদুনা তৌগদবা শিনফম কয়া অমসুং হকচাংগী ফিরেপ কয়াসু খণ্ডবা ঙমই। খুবাক অনিগী ময়ি অসি নিতি নুমিৎ খুদিংগী য়েংজবদা বিদ্যাগী পাওতাক, মচা মশুগী পাওতাক, য়ুম্বানবগী পাওতাক, সমপতিগী পাওতাক, হকচাং রোগগী পাওতাক, পদবীগী পাওতাক, মশাগী আয়ু তেনবা শাংবগী পাওতাক, পক্লবা শিনফমগী পাওতাক, মরুপ মপাং ফবা ফত্তবগী পাওতাক, অপমৃত্যু খণ্ডনবা, নুঙাইবা, অন্নাবা খণ্ডনবা মরম, কলা বিদ্যাগী মরম খণ্ডনবা, মাং-তুংগী খণ্ডনবা মরম অমসুং ইমা ইপাগী খণ্ডনবা মরম কয়াগী পাওতাক অসিগা কোম্লনা ময়িনা খুবাক্তা, খুদোনশিংগী খুৎশাদা ময়ি ওইনা হত্তুনা, মীওইবগী শকয়েন মিংশেন ওইনা য়েংনবা গর্ভদগী শৃষ্টিকার্ত্তা ওইরীবা ঈশ্বরনা, নুমিৎ থাগী মশক ওইনা, মীওইবগী খুবাক অনিদা অমসুং খুদোনগী খুৎশাশিংদা ময়ি ওইনা ঙানহলবিররে।

সংসার অসিদা নুমিৎ থানা মঙান কয়া পীদুনা অমদি অশাবা অমসুং অইংবা কয়া পীবদা, চশিং, নুশিৎ, মনিল অসিনা ওনবা মতমদা, জগৎকী জীব পুম্নমক, উপাল-ন্নাপাল, নাপী-শীংবী পুম্নমক অমসুং সংসারগী

পোৎলম পুন্নমক ওল্লকই । অদুনা মীওইবগী হকচাংসু নোংম নোংমগী অরেপ্পা লৈতনা শকতম কয়া ওন্দুনা চৎলি । অসিগুম্বা পুন্সিগী খোংচৎ অসি হোংলকপা খুদিংগী হায়বদি নুমিৎ খুদিংগী য়েংজরগা পাওতাক খণ্ডজনবা, থম্মোইগী মিংশেল অমা ওইনা, ইশা ইশাগী পুক্লিং লৌশিংগী খুৎলায় অমা ওইবা মিংশেলনি হায়দুনা "সিদ্ধান্ত কবি" কয়ানা হায়রি ।

মরম অদুনা মীওইবগী খুবাক অনিগী ময়িদু থম্মোইদগী মণ্ডান হাপ্লক্লবা মিংশেল অমনি হায়দুনা মসিবু "সনা হিদাক য়াওদবা মিংশেল" অমনি হায়না মীওইবা সমাজগী মফমদা পণ্ডবদা থোইনা হেন্না হায়মনবা থোক্লোইদ্রা হায়না খঞ্জে ।

# ১০ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# লাইবক্কী ময়িগী মরম খরা

১। লাইবক অসি মখল কয়া মান্নদবা মওং খরা লৈ । কনাগুম্বগী লাইবক অদু য়াম্না থোৎ নৌবা ওইরবা ময়ি ফৈনা নিংথিনা শাংলপ্না চৎলবা, অখোয়বা অমদি অকোনবা য়াওদবা, লাইবক্কী চিরাইদি য়ৌদবা, ময়ি কয়া শেংনা, ময়েক লানা, মশুপ-মশুপ তৌবা লৈতনা, তাংবোম লৈতনা চৎলবদি মী অদু লাইবক ফবা, মচাক মরন কয়া চেনবা ওই । মচা মশুসু ফগনবা ওই ।

অদুগা লাইবক অদু তিংবা, য়াম্না লংবা, মকং ওইনা তৌবা, ময়িসু য়াওদবা মী অদুদি, খরা ৱাগনবা অমসুং মীরৈহৎ ওইগল্লি । মীনসু কয়া নুংশিদে । মীগী শিদ্রগুপ্ত য়েংগল্লি । মচা মশুশু খরা ৱাৎল্লি । চিরোন চারোন তৌবা অমদি হিনাই শাবগী হিরি কোনবা হৈগল্লি । মীথিনগায় ওইগল্লি । মপুক্লিংসু অরেপ্পা লৈগন্দে । পুন্সি অদু ফদিগোম পাখোল লোনবা মী ওইগল্লি । হায়বদি মতাং চাদনা মতেকতা কুপশন, লিকশনবা তৌগনবা মীতা ওইগল্লি ।

২। লাইবক তোংবা অমসুং লাইবক্তা মচু শেংদবা মচেৎ-মচেৎ পকপাঃ-

কনাগুম্বগী লাইবক অদু য়াম্না তোংলবা, মচু শেংদবা মুরৈনবা মচেৎ মচেৎ পকপা মী অদু কমজাও হুনবা, ৱাখল চোইগনবা, মীৎ য়ামগনবা অমসুং থবক্তা ফাৎলৈ তাগন্দবা ওইগল্লি । মহৈ-মশিংসু খরা ৱাৎলি। ঙাংন শানবদা খরা ৱাই । খোনসু অয়াকপা ঙাংগল্লি । মথৌনাদি য়াম্না ফৈ। নুপা ওইরগা নোংশাগী মতৌগুম্বনি । নুপী ওইরগা কৈ অমোমগী মতৌগুম তৌগল্লি। মী অদু মশাগী মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ ফৎকন্দে ।

# ১১ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# খুজিনগী মওং মতৌ তাকপা মখল খরা

মীওইবগী খুৎশা কয়াগী খুজিনশিং অসি মখল মরি শুই । মদুদি :-

(ক) খুজিন অপাকপা ।

(খ) খুজিন অপিকপা ।

(গ) খুজিন তুম্না শাংবা ।

(ঘ) খুজিন লাইপুম চংবা ।

(ক) খুজিন অপাকপা :-

কনাগুম্বগী খুজিন অদু চিহৈ চিঙোল হায়বদি মওং (চিরা) নাইনা পাক্লবা, অনেম অৱাং লৈবা অমদি মকুৎ মতোং তৌরবদি, থবক য়াম্না চিনগনবা, মতম পুম্নমক্তা থবক চিনগনবা ওই । নাকচেপ্তা ককই চুবগুম তৌরবা মী অদু কোক ঙাওগনবা, ঈ, নুংশিৎ ফৎকন্দবা ওইগল্লি । খাতুগী লায়না পক্লনবা ওই । নুপী ওইরগা লাইমন মরী ফৎকন্দে ।

(খ) খুজিন অপিকপা :-

কনাগুম্বা মীগী খুজিন মতোন অদু পিক্লা মতোন্দা নপুনা পাল্লবা, অদুগা মতোন তুমতক্লা কোইরপ্না পাল্লবা অদুগা থরো অঙাংবগী মরি খোক্তোকপদা, অঙাংবা মরীনা চেল্লবা মতৌগুম তৌরবা মী অদুদি য়াম্না

ফবা ওই । লাইরিক লাইশুদা পুক্লিং চংবা, কবি ওইবগী ব্রাখল চেনবা অমসুং মতম পুম্নমক্তা ব্রাখল নৌনতা লৈবা ওই । শ্রীমান্যগী পদবী ফংবগী গুন অমসু লৈ । অঙাংবা চেন্দ্রবদি থরা ফবা ব্রাংলি ।

(গ) খুজিন তুম্না শাংবা :-

মী অদুগী খুজিন অদু তুম্না শাংলবা, তাংথক নাইদবা, ঙাংনা শাংলবদি, লাঙ্গোল লোংখুমগুম্না পাল্লবদি, খুজিন নাকচেক অদু মচু শেংনা লংনা পাল্লবদি, মহে মশিং চংথোম্না হৈবা ওই । পাইরক্কী লৌশিংসু য়াম্না ফৈ । খুৎশাসু য়াম্না হৈগল্লি, লাইরিক লেংবা (কবিগী) শক্তম চেনবা ওই । কালা বিদ্যাসু ফগল্লি । থবক্তা উপাধি (মিংথোন) ফংবা ওই । অদুগা (যশোবৃদ্ধি) ব্রাখল লৌশিং চাওথৎপা ওইগল্লি । অদুগা থরদি তোনান চাওদি ওইগল্লি ।

(ঘ) খুজিন লাইপুম চংবা অমসুং তিংখংমানবা :-

মী অদুগী খুজিন অদু লাইপুম চংলবা, খুজিনগী মতোন তিংখংগী মতৌগুম তৌরবা অদুগা ফিশারোলগী শিংকাপ মচিনগুম তৌরবা হায়বদি পুংহৎকুম তৌরবদি মী অদু, মীগী থবক্তা য়েংশিনবা, শিত্র পীগনবা অমদি (তুমশারা) ওইগল্লি । মশাগী ওইজবা পামগনবা মীতা ওইগল্লি । পুকচেল খোয়বা (কুবুদ্ধি) ওই । থবক্তা কমজাওদি হুনগনবা ওই। মহে-মশিং কয়াদি হৈগন্দে । মী অদু থবক খুদিংদা (জ্ঞান চল চল্লতা) হায়বদি ব্রাখল অদু চোইত্রি চোইথৎ ওইগল্লি ।

(ঙ) খুজিনগী মরমদা শুপচিন্না মওং থরা তাকপা :-

খুজিন অদু ঙাংলৈননা, থরো অঙাংবা মরী খোকপদা ঙাংলপ তৌরবা, গুলাপি মচুগুম তৌরবদি মশক মতৌ ফজে । ঈ নুংশিৎ শেংই ।

লৈক্কনা ফজবা ওই। লাইবক ফবা ওইগল্লি। (গম্ভিরতা) চীং লেম্বা ওইগনি। শ্রীমান্য পদবী ফংগল্লি। মহৈ মশিং হৈগনবা ওই। মচামগু ফগল্লি। পৈতৃক সমপতিসু ফংগল্লি। হায়বদি মপা মপুগী লন থুম ফংগনবা ওই।

খুজিন্দা থাগুম্না ঙৌরুননা কোইবা, থাগী মচেংকী মতৌগুম লৈরবদি, মদুবু খুজিন্দা লৈবা (চন্দ্রমা) হায়না কোই। ময়েক শেংনা লৈরবদি, থম্মোই ফজবা, অচুম্বা ঙাংবা, ধর্ম্মবু ঙাক্লা চংপা ওইগল্লি। মীনুংশি য়াম্না চেল্লি। বুদ্ধি লৌশিংসু য়াম্না চংখোল্লি। অসিগুম্বা খুজিন্দা থাগী মচেং লৈবা অসিবু "খুজিন থা" হায়না কৌই। খুজিন্দা উরিবা অঙৌবশিং অদু থাগী মমিনি হায়না কবিশিংনা হায়রি। অদুবু মখোই অসি লোক্কী লায়না চেনগনবদি ওই। ঈশিং মরী বেরা তৌগনবা, ঈশিং পুকচংপা (বহুমত্র) হায়দুনা ঈশিং পৌনা চংকনবসু তৌগল্লি।

মরম অদুনা মীওইবগী পুক্নিগী লম্বী অসি খুজিন অসিনসু পান্দম কয়া তাকই। খুজিন অসিসু সনাহিদাক য়াওদবা শকয়েং মিংশেনগুম্বা অমনি।

# ১২ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# খুৎকী খুদোলগী মরম খরা

১। খুৎকী খুদোন কোনবা অমসুং খোয়বা :-

কনাগুম্বা মীগী খুৎকী খুদোলশিং অদু খোইদ্রি, খোয়দ্রাং তৌরবা অমদি কোল্লবা, চপ তিংম্রবা, খুন্নক লাওরবা, চেপ্পবা, পৈরপ তৌরবা হায়বদি মওং মরীন ফজদ্রবদি মী অদু খরা য়াগনবা ওইগল্লি। অৱাবদগী তাগল্লি। হৈশিংনা চত্তবদগী অৱাবা ফমদা তাগল্লি। অঙমবগী বন্দি শংদা (কৈশুমশংদা) য়ৌগল্লি। যশেহানি (মিংচৎ থীবা) ওইগল্লি। মীৱা মীশা তাবা থবক তৌগল্লি। লাইবক থিবা ওইগল্লি। অদুম্নদি ওইরগা মরিংজেল মথৌনাদি ফগল্লি।

২। খুদোন অপঙবা অমসুং তাং চাওবা :-

কনাগুম্বা মীগী খুদোন অদু পংলপ তৌরবা অমদি খরা নোয়তক্লা চপ তিংনা উপন চৈরোংগুম্না পাল্লবদি, থবক তৌবদা আইন ক্রনবা, নিংহল দবা, পুকচেল চাওবা অমসুং শামান্নবা থেংনবদা অকিবা লৈতবা ওইগল্লি। ঈশ্বর নিংজবা, মীঙোন্দা অরানবা তৌদবা, মীনম্বা ঙাংদবা ওই। মহে বিদ্যাসু হৈগল্লি। থবক্তা মাংজিন থাবা পামগল্লি। মী ফত্তবনা কয়া তৌরক্লবসু মী অদুনা মীগী মাংনবা তৌরোই। নিজ কর্ম্ম অনুগত ফল

হায়বদি মানা তৌজবনা মানা মানা ফংজবনি হায়বা খন্দোকই । অসিগুম্বা মী অসিদি মতম পুম্নমক্তা (দর্শনিক বিদ্যা অশুল) হায়বদি অচুম্বনা অচৌবা ধর্ম্ম অমনি হায়না খন্দোকপা ঙমই । মশাগী ওইজবা থিবা মীতনা মীয়ামগী (শুবিচার) হায়বদি অফবা ব্রাখল থম্বা পামগল্লি ।

৩। খুদোন পাংদিং মান্নবা অমসুং তিংনা মতোন তুম্বা :-

কনাগুম্বা মীগী খুদোন অদু পাংদিং মান্নবা তিংনা,য়াম্না তুম্না, খুজিন লোংখুম অদু ঙাংনা পাল্লবা মী অদুদি মহৈ হৈবা ওইগল্লি । মীগী তৌবিমল থঙবা মীগী তিন্নবদা য়াম্না নুঙাইবা ওইগল্লি । অদুগা মহৈ মরা থরদি হৈগনবা ওই ।

# ১৩শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)

১। নুপা, নুপীগী (ভাগ্য) লাইবক্কী রেখা য়েংবা :-

নুপা অমসুং নুপী অনিগী (ভাগৎ) রেখা য়েংবা তারবদি নুপা অদুগী য়েৎথংবা খুবাক রেখাগী (ময়িগী) মনুং ফাওনা লৈরবা অমদি খুৎনাওবীগী নাকন্দগী, মরু ফাওবা, ময়ি মচা অতেনবা খরা য়াৎলিবা অদু নুপা অদুগী, নুপীগী মরমদা য়েংনবা মফমনি । মদুদা য়াৎলিবা রেখা অদুগী মশিং অহমলক চিংলিবা (য়াৎলিবা) মকৈ হায়বদি চিংলিবা অদুগী মতুংইন্না, নুপা অদু নুপী য়াম্না থিগনি । রেখা অমতা ওইনা, শাওনা য়াৎলবদি নুপা অদু নুপী অমদগী হেন্দে ।

অফবা নুপী ফংগল্লি । লুহোং খোংদোংবা তৌদুনা লৌগল্লি । য়াম্না কা হেন্না ময়েক লানা, মশী ময়ি য়াম্না য়াৎলবদি মাগা মান্নবা নুপী হায়বদি নুপী য়াম্না লোলগল্লি থিগল্লি । অদুনা ময়িগী মতুংইন্না নুপী থিগল্লি । অদুগা ময়িশিং অদুনা পিক্না, কুপ্না চিংদুনা লৈরবদি, মানা কোইহরিবা নুপী অদু লৌগন্দে । অরোনবা প্রেমগী পাত্র ওইদুনা তোকপনা নমই । পুক্লিং থুনা ওনগল্লি । অরেপ্পা লৈনগন্দে ।

অদুগা নুপী অদুগী ওইথংবা খুবাক্কী খুৎনিংথৌ মরুদা, নুপা অদুদা

লৈরিবা, ময়ি মশীং অদুগা মান্নবা, য়াত্তুনা রেখা অদু লৈরবদি, ভৌমাগী (লুখ্রা, পকথ্রাগী) দোষ কয়া কোক্লদুনা অমদগী হেন্দবা ওই । অঙাকপা লৈ।

২। নুপীগী মপুরোইবা য়েংনবা ময়ি :-

নুপীগী মপুরোইবা য়েংনবগী ময়িদি নুপী অদুগী ওইগী খুবাক্তা, য়াৎলিবা ময়ি অদুনা খুৎনিংথৌগী মপা চানা, ময়ি খরা য়াম্না য়াত্তুনা লৈরবদি, ময়ুম ২।৩ লক পানগনবা ওই । মশক মতৌ ফনা চংথোনবা ওইদুনমক, মরন মথুম কয়া লৈদুনসু, হায়রিবা ময়িশিং অসিনা, মশিং য়াম্না য়াত্তুনা লৈরবা নুপী অদুদি ময়ুম পানবদা লাইবক থিবা, মপুরোইবগী কাদা খরা ঋাৎপা ওই অহানবা মপুরোইবা কায়নগনবা অমদি অমাং অতা থোকপা ওইগল্লি ।

## ১৪ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)

১। মচানুপা, নুপী য়েংনবা ময়ি :-

মচা য়েংনবা ময়ি অসিদি মখল অনি শুই । মদুদি খুৎনাওবীগী মখোং মরু অদু (ভগ্যগী) য়েংনবা তাকই । ময়ি অদুনা খুদোনবী মনাক তম্না চৎথ্রিবা (কাম্রিবা) ময়ি অদুগী ঙ্খাংমদা খুৎফে, খুজেপ্তা, য়াৎলিবা ময়ি মশিংগী মতুং ইন্না, মচা পোকই ।

(ক) নুপা খংনবা ময়ি :- খুবীগী মখোং মরু ফাওবগী মরক্তা লৈরিবা (য়াৎলিবা ময়ি)শিং অদুনা য়াম্না শাংনা শংনা, ময়েক লানা, মপোপ চাওনা চিংলবদি মচানুপা পোকই । মশি মচা নুপা পোকপা খঙনবা ময়িনি।

মচানুপা মশিংদি ময়িগী মতুংইন্না ওইগনি । মরক্তা পিকপা, তেনবা, ময়েক লাদবা য়াওরবদি মচানুপা য়াওদে, পোকপা তারবসু অপমৃতু (লমথাংদা পুন্সি) মাংবা ওইগনি । হিংলবসু ফিভম অমসুং ঙ্খাথল জ্ঞান মপুং ফাবা ওইগদে ।

(খ) নুপী পোকপা খঙনবা ময়ি :-

খুবীগী মখাদা য়াৎলিবা ময়িশিং অদুনা, য়াম্না পিক্না চিংলবা অমদি ময়েক লাদবা অমসুং মপুং মরৈ ফাদবা ময়ি ওইরবদি, অদুগা শম্নাগুম্না ময়ি, অদু য়াৎলবদি নুপী পোকই ।

(গ) ফাইবোক পোকপগী ময়ি তাকপা :-

মথক্কী হায়রিবা চিংলিবা ময়িশিং অদুগী য়াৎলিবা মফম অদুমক্তদা, অমগী মনাক্তা অতোপ্পা ময়ি অমনা কাদুনা মথক্তা লোনশিন্নদুনা পুন্না চিংলবদি ময়ি অসিনা ফাইবোক পোকপগী খুদম ওইগল্লি। নত্রগা কিগনবা, মপুন্সি শাংদবা ওইগল্লি । অদুগা ময়েক লানা, য়াম্না লাওনা চিংদুনা, লোনশিল্লিবা অদু ওইরবদি, নুপা ঙাক্তা ফাইবোক পোকল্লি । পিক্না মুচি মুচি তৌদুনা লোন্নদুনা চিংলবদি নুপী ঙাক্তা ওইগনি ।

অদুগা ময়ি অদুনা, মচিন মতোন্দা অনিথোক্না লোঙদুনা, মথক্না শাংলবদি, নুপানা হান্না পোককনি । নুপী অমগসু পোকতুনা ফাইবোক পোকপা ওইগল্লি । অদুগা মথাগী ময়ি অসি অদুনা শাংলবদি নুপীনা মাং থাদুনা পোক্লগা মীকুপ খরগী মনুংদা হায়বদি নুপী অদুনা (মমা) মিহুন ৫০ রোম হুল্লবা মতুং অদুগা তারিবা অঙাং অদুনা মিহুন ১০৮ রোম হুল্লবা মতুংদা অকোনবগী ফাইবোক্কী অঙাং পোককনি ।

ময়িশিং অদুনা মচু শেংদ্রবা অমসুং তাংবোম নাইবা ওইরবদি লাইনা চেনবা ওইগল্লি । করিগুম্বা শিগনবা ওই ।

# ১৫ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# খুৎশাশিংগী খুদোনশিংদা লৈবগী চক্র য়েংবা

১। মীওইবগী খুৎকী খুদোনশিংদা য়াওরিবা, 'চক্রশিং' অসি য়াম্না মরু ওইবা অমনি। পুন্সিগী তৌগদৌবা অমদি ফংগদবা তুংগী ওইরক্কদবা পাওতাক কয়া, সিম্বোল (খুদম) অমনি। মানা মানা তুংদা ওইরক্কদবা মসিনা তাকই।

চক্র অসি অনি থোক্না খায়রি। মদুদি :-

(ক) ফাঁস মুদ্রা হায়বা অমা।

(খ) শঙ্খ মুদ্রা হায়বা অমা।

(ক) চক্র অদু মতোন খরা শাংলপ তৌবা, ফিরুক্কী মওংগুম তৌবা, ফুরাগী মওং অমদি মতোন তুন্নপ্না তৌবা, মওং অদুবু 'ফাঁস' মুদ্রা কৌই।

(খ) মতোন খরা য়াংবা মোইবুংগী মওংগুম তৌবা মদুবু "শঙ্খ মুদ্রা" কৌই। মোইবুংগী অপোনবগুম তৌই।

(গ) কনাগুম্বগী খুবীদা চক্র লৈরবা যব (ফৌগী) ময়াই পোংলপ তৌবা, যবারখা লৈরবা অদুদি লন থুম য়াম্না লৈবা মীয়ামগী মকোক ওইগনি। মগা মপুগী সম্পতি ফংগনবা ওই।

(ঘ) খুদোনবীদা চক্র লৈরবদি মদুনা ময়ি নিংথিনা মপুং ফানা লৈরবদি অমসুং ময়েক শেংলবদি মী অদু অহল লমম্না অমদি মরুপ মপাংনা শেম্বীবা

ফংই । মহে মশিং নিংথিনা হৈবা ওই । মতম পুম্নমক্তা অয়েৎ অরৌ কয়া লৈতে চক্র অসি লৈত্রবদি অব্রাবা খরা ফংগল্লি । লনথুম কয়া তুংগন্দে ।

(ঙ) খুৎয়াইদা লৈবগী তাকপা :-

খুৎয়াইদা চক্র লৈরবদি মী অদু থর্ম্ম চেনবা, মহে-মশিং হৈবা, লন চেনবা, ঈশ্বরগী থৌজাল ফংবা ওইগল্লি । চক্র অসি লৈত্রবা মী অদুদি লন থুম মাঙগনবা, লাইবক থীবা ওইগল্লি ।

(চ) খুৎনিংথৌদা চক্র লৈরবদি মী অদু, থবক শুগনবা ওই । লন থুম ফংনবা অমদি চাওখৎনবা য়াম্না হোৎনগল্লি । মী ময়াম্না চানবা ওই । নহা ওইরিঙৈদা ব্রারবসু পুন্সিগী ময়াইদা নুংঙাইবা ওই । নুপীসু অফবা ফংই । চক্র অশি লৈত্রবদি খরা ব্রবা ওই ।

(ছ) কনাগুম্বা মীগী খুৎনাওবীদা চক্র লৈরবদি কারবার কনবা ওই । শেলশু তোংগল্লি । চক্র অসি লৈত্রবদি ওইজ্ঞ ওইথক খরা ব্রাৎপা ওই । চক্রশিং অসি লৈবনা মীওইবগী অফবা, ফত্তবা অমসুং পুন্সিগী ওইবা থবক কয়াসু শিন্থোং খঙনা হোৎনবা ঙমই । চক্র অসি মখল য়ামই । মরম অদুনা খুদোলশিংদা লৈরিবা চক্র অসি মখল মঙা শুনা লৈ । মথক্তী হায়ব্রিবা চক্র অসিগা লোইননা । মদুদি - ফাঁস মুদ্রা, শঙ্খ মুদ্রা, তামূল মুদ্রা, ফল মুদ্রা, বৃত্ত মুদ্রা অসিনি । কনাগুম্বা মীগী খুদোনশিং অদুদা চক্র অমা ফাওবা য়াওব্রবদি লাইবক ফত্তবা ওই । লাইবক চাংয়েং তৌবগী থবক্তা খরা ব্রাৎলি । খুদোন ৯দা চক্র লৈরবা মী অদুদি মরাইবক ফবা ওই । তাচৌ অচৌবা থবকসু তৌগল্লি।

অদুগা কনাগুম্বগী খুদোন ১০দা চক্রশিং অদুনা ময়েক লানা লৈরবদি রাজ যোগ তাবা হায়বদি নিংথৌ ওইবা য়াবা খুদমনি । পোক্লকপদা ব্রারবসু মমৈদা নুঙাইবা অমসুং পুন্সি শাংবা ওইগল্লি ।

## ১৬ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
## ভর্দ্ধরেখা য়ুংনা য়ুংনা কাবা লৈইগী মওং :

১।(ক) কনাগুম্বা মীগী খুদাং ময়াদগী, ময়ি য়ুংনা কাদুনা, খুৎয়াইগী অহানবা তাং অদু হেনগৎনা কারবা, অদুগুম্বা নুপা, নুপী অদু মরাইবক ফবা, লনচেনবা, ধর্ম্ম লৈবা, কর্ম্মচারিদা ম্বাংনা তৌবা, লাইবু নিংজবা ওইবা, অম্বাবা কয়া ফংগন্দবা ওই। ঈশ্বরগী থৌজাল ফংগনবা ওইগল্লি।

(খ) খুদাংদগী খুৎনিংথৌয়ৌনা কাবা ময়ি :-

খুদাংদগী হৌরকপা ময়ি অদুনা, খুৎনিংথৌ য়ৌনা য়ুংনা ময়েক লানা কারবা মীওই অদুদি, বুদ্ধি লৌশিং য়াম্না ফবা, কলা বিদ্যা (ঈশৈ নোংমাইদা) ফবা, ম্বাঙাং ম্বাতা ফজবা অমসুং মহৈ মশিংদসু ফবা মী ওইগল্লি। ময়ি অদুনা থোইদ্রিং থোইদ্রাং তৌনা কারবদি অহানবদা ফত্তে। মমৈদা ফবা ওইগল্লি। অদুগা ময়ি অদুনা, ত্রিশুলগী মতৌগুম্না কারবদি, অদুগুম্বা মীওই অদুদি, চাংদমনিংঙাই লৈভবা, ম্বাথল লৌশিং ফগমবা অমসুং থবক কয়াদা ময়োন লেপ্পা ওইগল্লি।

(গ) খুদাংদগী খুনাওবী য়ৌনবা ময়ি :-

খুদাংগী ময়ি অদুনা খুৎনাওবী তম্না কারবদি অইংবা গুন কয়া চেনবা ওই। থবক্তা নুপাদি থোক্তন্দে। মমৈদা ফগল্লি। হায়রিবা ময়ি অসিদি (বুধ) য়ুমশকৈশগী উচ্চ লৈবা হায়বা ময়ি অদুনি। নুপীনদি পামগল্লি।

(ঘ) খুদাংদগী খুদোন য়ৌনা কাবা ময়ি :-

ময়ি অদুনা খুৎদোনবী তম্না লাক্লবা অমদি খুদোন য়ৌনা কারবা অদুগা খুদোনবী মনাক্তা থব্রানমিচাক্কী খুদম য়াওনা উচ্চ রেখা লৈরবা মী অদুদি :- ঈশ্বরগী শক্তি ফংজবা, অব্রাংবা থাক্কী মী ওইগনি । মসি শগোলশেনগী গুরুগা মান্নবা অমনি, খ্বাইগী মীথোই মীহেনবা ওইগনি হায়না "বেদ শাস্ত্র" না পাওতাক কয়াগা লোয়ননা পীরি ।

(ঙ) থব্রানমিচাক্কী খুদম্না ভগ্যরেখা তাকপা :-

থব্রানমিচাক্কী খুদম X X X X X X X অসিনা কারন চিংদুনা তাক্লবা অসি অব্রাংবা থাক্কী মী ওই । মসিনা, ইমা অমদি ইপাগী ময়ি অনিগী মরক্তা লৈরবদি মসিবু "ভগ্যরেখা" হায়বদি লাইবক্কী রেখা হায়না কৌই। মতৌ অসুম্না থব্রানমিচাক্কী খুদম অসিনা, মী অদুগী মপুন্সি, অদু ঈশ্বরগী থৌজাল ফংদুনা মী অদুদা, গুন কয়াগী (প্রতিভা) মওান লৈদুনা, অব্রাংবা থাক্তা লৈবা মী ওইগনি । অদুগা থোং খুৎকী খুদোলশিং অদুনা থরো অঙাংবা মপালগুম্না, ঙাংনা ঙাংনা, ময়েক লানা, ময়ি অদু চৎলবদি, পুন্যগী ফল ফংদুনা অফবা কর্ম্ম তৌগনি । অদুগা মচু অদু মুরবদি পোকপগী মহৈ য়ানগন্দে । ইমাগী রেখা (ভাগ্যরেখা) গী ময়ি অসিনা, খুৎনাওবী তম্না হায়বদি লৈপাকপোকপা অসিগী ক্ষেত্র য়ৌনা কারবা হায়বদি খুৎনাওবীগী খুৎচেপ য়ৌনা ময়ি অদুনা কাম্নবদি মী অদুগী মথুক্তা, জীব পানবা কয়া মাঙতাকপা ওইগনি । হৈশিংনা চত্রবদি মওোন্দা ব্রাখল চোংবা অমদি শোইগনবা কয়া থোক্কনি ।

# ১৭ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# নুপাগী লাইবক্কী ময়ি য়েংবা ঃ-

১।(ক) ময়িনা নুপাগী লাইবক্তা লৈবগী ফল :-

কনাগুম্বা নুপাগী লাইবক্তা লৈরিবা ময়ি অদুনা ময়েক লাদবা মচু সু শেংদবা, মুচি, মুচি, তৌরবদি মী অদু মপুক্সি শাংদে ।

(খ) লাইবক্তা মপুং ফাদবা ময়ি চৎপা :-

কনাগুম্বগী লাইবক্তা মপুং ফাদবা ময়ি হায়বদি অখোয়বা অমদি তেম্না, মতৎ মতৎ তৌরবা অদুগা মচুসু শেংদবা অমসুং তাংপোম নাইবগুম তৌবা, মী অদু (অপমৃতু) অপাইবা দশা কয়ানা খঙহৌদনা, শিগনবা ওই। মপুক্সি কয়া শাংদে। অদুগা শিক্লবসু অচুম্বা অমতং লৈরবদি খরদি ঙাক্লনি।

(গ) লাইবক্তা ময়িনা ময়েক লানা চৎপা :-

কনাগুম্বা নুপা অমগী লাইবক্তা ময়ি অদুনা ময়েক লাইবক চিদাইদগী নাকোং ফাওবা রেখা অদুনা লানা, শাংনা চৎলবদি মী অদু মতম শাংনা, পুক্সি তোলোইনা হিংদুনা লৈ। রেখাগী ফলনা মী অদু থবক্তা মিংচৎ কয়া কংগনবা ওই ।

(ঘ) কনাগুম্বা নুপা অমগী লাইবক্তা ময়ি (রেখা) অনি শাংনা চিংদুনা লৈরবদি মী অদু ময়াই ওইনা পুক্সিবা ওই ।

(ঙ) কনাগুম্বা মীগী লাইবক্তা ময়ি ৩ নত্রগা মরি লৈরবা, মী অদুদি মতম কুইনা হিংদুনা নুঙাইনা, পুক্সি লেন্দুনা লৈগনি ।

(চ) নুপা অদুগী লাইবক্তা লৈবা ময়ি অদুনা শমখোং য়ৌনা চৎলবা মী অদুদি চহি ১০০গী ওকয়া ফাওবা পুন্সিবা ওই । ময়িগী ফলনা মতম পুম্নমক্তা পুক্নিং শান্তি ওইনা লৈগন্নি ।

(ছ) লাইবক্তা চৎলিবা ময়ি অদুনা, খোইদ্রিং খোইদ্রাং তৌরবা অমসুং থৌরী তাবগুম মরে মরে তাবগুম তৌদুনা ময়ি অদু লৈরবদি (চৎলবদি) অদুগুম্বা মী অদু চহি ৭০।৮০ ফাওবা পুন্সিবা ওই ।

(জ) লাইবক্তা লৈবা ময়িশিংগী মওং তাকপা :-

কনাগুম্বগী লাইবক্তা লৈরিবা ময়ি অদুনা, ওইথংবা নাকন্দা শাংবা হেন্নবা অমদি য়াম্না পিক্না রেখা অদু লৈরবদি মী অদু পুন্সি তেনবা ওইগন্নি।

(ঝ) নুপা অদুগী লাইবক্তা ময়ি অহুম লৈরবা, লাইবক মতাই ২দা ময়িনা চুম্না চিংলবা অদুগা ময়াই অদুনা তিন্থোক্নুম্না খোয়বা ময়ি ওইরবদি মদু শগোলশেনগী রেখা হায়না খঙনৈ । অদুনা মী অদুগী পুন্সি অদু য়াম্না নুঙাইবা লৌশিংনা থল্লবা পুন্সি ওইগন্নি ।

(ঞ) নুপা অদুগী লাইবক্তা চিংলিবা রেখা অদুবু শগোলশেন রেখা কৌই। ময়ি অদু শিংলিগা তাশিন্দুনা লৈরবা ঘীগী মতৌগুম তৌবা, মতুম মচা মচা তাবা ওইরবদি মী অদু লন কৌবা অমসুং লাইবক থিবা ওইদুনা য়াগনবা ওই ।

(ত) নুপা অদুগী লাইবক্তা চুম্না কারবা, শাংলবা ময়ি অহুম লৈরবদি মী অদু লাইবক ফবা, থবক তৌবদা মীনা পাম্নবা, পুকচেল চাওবা ওইগন্নি ।

(থ) কনাগুম্বা মীগী লাইবক্তা লৈরিবা ময়ি অদুনা ত্রিশুনগী মওং মানবা ময়ি ওইরবদি, লাইবক য়াম্না ফবা মচা মগু য়াম্না পোক্কনবা ওই । পুন্সি শাংই , নুঙাইনা লেন্নি ।

(দ) কনাগুম্বগী লাইবক্তা ময়ি ৩।৪ লৈরবসু থোইম্রিং থোইম্রাং তৌরবসু অদুগা মশা য়াম্না লোংথোক্লবসু য়াথল কয়া লোংগনবা, থবক্তী মরদা উত্তা ঘী হৈবগা মান্নবা ওইগন্নি। মমৈদা অরেম্না ওইগন্নি। মহে চারমদাইদা, লৌশিত্তা খজনা ধীবা, ফুদিত্তা মাংজোং চোংবা ওইগন্নি।

ময়িগী ফল অসি মাগী মাগী পোকপদা লোইনরকপা, অফবা ফত্তবা, য়েংবদা খত্তনবা, ঈশ্বরনা মী খুদিংগী য়েংজনবা খত্তজনবা পীরকপা ময়েক ওাক্তনি। মরম অদুনা "সনা হিদাক য়াওদবা, শকয়েং মিংশেল অমনি হায়রিবনি।

# ১৮ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
## খুবাক অমসুং খুদোল ১০দা চক্র লৈবগী মওং:-

১। খুৎকী খুবাক অমসুং খুদোন ১০দা চক্র লৈবগী ফল :-

(ক) কনাগুম্বা মীগী খুবাক য়েৎ ওই অনিমক্তা, খুদোন অমতদা চক্র লৈরবদি মীওই অদুদি, নুঙাইরবা, য়াইফবা ওইগনি অমসুং অকবা নুপীসু ফংগনবা ওই।

(খ) খুদোন অনিদা চক্র অনি লৈবা মী অদুদি লায়না চেনগনবা ওই। অদুগা মচাক মরন্দি য়াৎকন্দবা ওই।

(গ) কনাগুম্বা মীগী খুৎ ওই য়েৎকী খুবাক অনিদা, চক্র অহুমদগী হেল্লা লৈরবদি, রাজনীতিদা অথোইবা ওইগনি। মী অদুগী পুন্সি অদু নিংথৌগা মান্নবা নুঙাইনা হিংবা পুন্সি ওইগনি।

(ঘ) কনাগুম্বা মীগী খুবাক অনিদা চক্র ৪ লৈরবদি মী অদু মহে মশিং হৈগনবা পণ্ডিত ওইবা অমসুং মচা মশু য়াম্না পোকনবা ওইগনি। অদুগা লন থুমদি খরা কৌবা ওই।

(ঙ) মী অদুগী খুত্তা চক্র ৫ লৈরবদি মী অদু নুঙাইনা পুন্সি লেল্লি। থবক তৌবদা নিংবা থুংগনি। অপাম নুংশি কাদা খরদি ঙাওগনি। কামগী খেলা লিলা য়াম্না পামই।

(চ) মী অদুগী খুদোন ৬ তা চক্র লৈরবদি থবক্তা নিংবা কনবা ঈশ্বরবু থাজবা, পণ্ডিত হায়বদি পাঞ্জিগী থবক অমদি জ্যোতিষকী অমসুং

মাইবনচিংবা বিদ্যাদা মমিং চৎপা ওইগল্লি ।

(ছ) মী অদুগী খুদোন ৭ তা চক্র লৈরবদি হায়বদি মুদ্রা চক্র লৈরবদি মী অদু নুঙাইবা য়াম্ত পাদবা ওইগল্লি । নুঙাইনা পুল্সি লেনবা ওইগল্লি ।

(জ) খুদোন ৮ চক্র লৈরবা মী অদুদি য়াম্না তনগনবা অমদি মরম তম্না থবক শুবা ওইগল্লি । লায়নাশু পোক্কল্লি । চাবা থকপদসু কারাম মিহৌ চাওবা ওইগল্লি । থবক তৌবা খুদিংমক্তা অরাবা ওইগল্লি ।

(ঝ) মী অদুগী খুদোন ৯দা চক্র লৈরবদি মী অদুদি লাইবক ফগনবা অমসুং অচৌবা থবক কয়া তৌগনবা ওই ।

(ঞ) কনাগুম্বা মীগী খুদোন ১০দা চক্রনা ময়েক লানা লৈরবা মী অদুদি রাজ যোগ চন্বা হায়রবদি নিংথৌ ওইবা য়াবা খুদম অমনি । পোক্লকপা মতমদা থরা য়ারবসু মমৈদা নুঙাইবা অমসুং পুক্সি শাংবা ওইগল্লি ।

# ১৯ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# জ্যোতিস শাস্ত্রগা মরি লৈনবা মরম খরা নুপাগী হকচাংদা শন্থু থুংবগী মওং :-

১।   হকচাংদা শন্থু থুংবগী মরম তাকপা :-

(ক)   হকচাংদা শন্থু থুংবদা, তু হৌরবদি মরাইবক থিবা অমসুং অন্নাবা ওইগল্লি। অদুগা শন্থু থুংলিবা অদুদা তুনা শাংনা হৌরবদি ফে। হকচাংগী ইন্দ্রি ময়োন অদু লৌথোক্কনবা ওই।

(খ)   পুক্তা শন্থু থুংবা :-

শন্থু পুক্তা থুংলবদি অচা অথক, মরাং কায়না, ফংগল্লি। পোৎচৈ মাল চাংসু ফংগল্লি। থোইনা ব্রাৎপা লৈতে।

(গ)   শন্থু অদুনা হকচাংদা (ফিনুংদা) থুংলবদি কামগী থবক্তা খরা ঙাওগনবা ওই। অদুগা মচা মগুসু য়ামগল্লি। মী অদুগী মশা অদু কাম বীর্য্য খেলা পামগনবা ওইনা নুঙাইজবা ওইগল্লি। থবক তৌবা খুদিংদা পুক্লিং খরা তথক অয়াংবা ওইগল্লি। মরুপ মপাংদি থোইনা ব্রাৎতে। কামগী খেলদা ঙাওমন্দুনা মমৈদা পুর্লিগী মহাম তারকপা খরা য়াওরকই।

(ঘ)   নুপাগী খুদাংদা শন্থু থুংবা :-

নুপাগী খুদাংদা "শন্থু" থুংলবদি মতম অয়াম্বদা ব্রাথৈ লাইহৈবা অমদি অফা অপুন তৌবা ফংগল্লি।

(ঙ) নুপাগী খোংদা "শম্বু" থুংবা :-

নুপাগী খোংদা "শম্বু" থুংলবদি মরম চাদবদা চৎকনবা ওইগনি। ইকাইবসু নংগনি । মীগী লাংদা থুগনি ।

(চ) নুপাগী লাইবক্তা "শম্বু" থুংবা :-

নুপাগী লাইবক্তা "শম্বু" থুংলবদি লাইগুরুগী সেবা তৌগনি । ধর্ম্মদা মাই ওনশিনগনি । মমৈদা মিংচৎ লৈবা থবক তৌগনি । কালা বিদ্যাসু য়াম্না পামগনবা ওই ।

(ছ) নুপাগী মিৎতা "শম্বু" থুংবা :-

নুপাগী মিত্তা "শম্বু" থুংলবদি মী অতোপ্পা নাওকোনবা ওইগনি । পোলোইদা মচা মনাইগী মরমদা বেরা থাংবা ওইদুনা থম্মোইদা অৱাবা মৈচাক ফংগনি ।

(জ) খদাংদা "শম্বু" থুংবা :-

নুপা অদুগী খদাংদা "শম্বু"থুংলবদি নুপা অদু চাগনবা থক্কনবা ওইগনি । অদুনা ৱা খরা ঙাংগনবা ওইগনি । অদুগা মীনদি নুংশিবা ওই ।

(ঝ) নুপাগী নঙ্গলদা "শম্বু" থুংবা :-

নুপাগী নঙ্গলদা "শম্বু" থুংলবদি ফিরোম্নচিংবা ফংগনি । থবক খরা শুবদা, পোথা কনবা ওই । ধাতুগী নুংশিৎ ফত্তবসু চেনগনি । অদুগা থবক্কী রাগদি চাওগনি ।

(ঞ) নুপাগী খুবাক ময়াইদা "শম্বু" থুংবা :-

নুপা অদুগী খুবাক ময়াইদা "শম্বু" থুংলবদি খুৎকী লালুম চাগনি। অদুগা শা, ঙা, মহ পানবা য়েংথিবসু ওইগনি । খুৎশাগী থবক্তসু পোথাফম লৈতে ।

# ২০ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# নুপীগী হুকচাংদা শম্বু থুংবগী মরম

১।(ক) নুপীগী লাইবক্তা "শম্বু" থুংবা :-

নুপীগী লাইবক্তা "শম্বু" থুংলবদি কোংগী অমদি হয়িংগী মওং মতৌওম্না শম্বু থুলবদি নুপী অদু অচৌ অশাংগী নুপী ওইগনি । অদুগা, পদবী (ফমথোন) ফংগনবসু ওইগনি । লন থুমগী মপুণ্ড ওইগনি । অদুগা পিশুমগী অরোইবদা থুংলবদি, হেন্না মরাইবক ফবী ওইগনি ।

(খ) নুপীগী পী তাফমদা "শম্বু" থুংবা :-

নুপী অদুগী পি তাফমদা "শম্বু" থুংলবদি মচা মনাইগী মরমদা অন্নাবা মৈচাক ফংগনি । অদুবু মরন্দি লৈগনি । থোইনা ৱাত্তে । অদুগা খদাং অমদি চিনবান্দা থুংলবদি মচাক মরন কয়া ফংগনি ।

(গ) নুপীগী ওইথংবা খোমদা "শম্বু" থুংবা :-

নুপী অদুগী ওইথংবা খোমদা "শম্বু" থুংলবদি মচা নুপীনা হান্না পোকই । মশিংসু মচা নুপাদগী য়াম্বা হেন্নি । মচানুপা মশিংদি কয়া য়ামদে।

(ঘ) নুপীগী ওইথংবা খোমদা, মচু ঙাংলৈননা চা অঙাংবা থুংবা নুপীগী ওইথংবা খোমদা মচু ঙাংলৈননা চা অঙাংবগুম লৈরবদি অহানবদা মচা নুপা পোক্লগা, খণ্ডহৌদনা, মপুরোইবা শিখিদুনা নুপী অদু লুম্রা ওইহৌই।

(ঘ) নুপীগী ওইথংবা চাইরুংদা "শম্বু" অঙাংবা থুংবা :-

কনাগুম্বা নুপীগী ওইথংবা চাইরুংদা, ঙাংতক তৌবা "শম্বু" লৈরবদি অচা অথক্কী মরমদা, মরাংকায়না ফংগনি । মচিঞ্জাক কয়া য়াংকন্দে । চনিং লৈগনবা ওই ।

(চ) নুপীগী থম্মোইদা (থোইদৌ) দা "শম্বু" থুংবা :-

নুপী অদুগী থোইদৌ (থম্মোই) হায়বদি থোইদৌগী মথক্তা "শম্বু" থুংলবদি মরাইবক ফবী নুপী ওইগনি ।

(ছ) নুপীগী থোইদৌগী নাকন্দ "শম্বু" লৈবা :-

কনাগুম্বা নুপীগী থোইদৌগী নাকন্দা "শম্বু" লৈরবদি নুপী অদু লৈমিন্নরিবা নুপা অদুগা, হায়বদি মতে-মনাও য়াম্না প্রেম লৈনগনি । মচা নুপী য়াম্না পোক্কনি ।

(জ) নুপীগী থোমগী মথাদা "শম্বু" লৈবা :-

নুপী অদুগী থোমগী মথাদা "শম্বু" লৈরবদি নুপী অদু য়াম্না মরাইবক ফবী ওই । মচা অফবা পোক্কনি ।

(ঝ) নুপীগী ওইথংবা নাকোংদা, ওইথংবা চাইরুংদা "চা" অমদি "শম্বু" লৈবা :-

নুপী অদুগী ওইগী নাকোংদা অমসুং ওইগী চাইরুংদা "চা" অমসুং "শম্বু" লৈরবদি নুপী অদু মচানুপানা য়াম্না পোক্কনি ।

(ঞ) নুপীগী হকচাংদা "শম্বু" অমুবা লৈবা :-

কনাগুম্বা নুপীগী হকচাংদা "শম্বু" অমুবা লৈরবদি নুপী অদু লুখ্রা ওইগনি । অদুগা অখুংবী হায়বদি পোক্তপী ওই । মসিগী মরুওইবা মরমদি নাতোন্দা "শম্বু" থুংবগী পাওতাক্নি ।

(ত) নুপীগী ওইগী চাইরুং অমসুং ওইগী নাকোংদা থাওনম মরু অমসুং শগোল হব্রাই মরু মানবা "শত্রু" থুংবা :-

কনাগুম্বী নুপী অদুগী ওইথংবা চাইরুং অমসুং ওইথংবা নাকোংদা থাওনম মরু মানবা অমসুং শগোল হব্রাই মরু মানবা "শত্রু থুংলবদি নুপী অদু মরাইবক ফবী ওই। মচা নুপা নুপী পোক্নুনা, নুঙাইবা পুন্সি ওই। মরন মথুমসু থোইনা ব্রাৎপা লৈতে।

# ২১ শোইশুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# নুপীগী মওং মতৌ য়েংবা

১।(ক) নুপীগী মওং মতৌ য়েংবা :-

কনাগুম্বা নুপী অদুগী লাইবক্তা মরি অমতনা শাংনা লৈরবা, অদুগা মগুপ মগুপ তৌরবা, মচুসু শেংদবা ওইরবদি নুপী অদু মাগী মপুরোইবা, মচা-মনাও, মকুবোক্লচিংবা মীশিং অসিবু মাঙহনবা ওইগনি। নুপী অদুগী ইমুং-মনুং (স্বপরিবার) কয়াবু অমাঙ-অতা থোকহনি।

(খ) নুপীগী হকচাং মনুংগী পাওতাক :-

কনাগুম্বা নুপী অদুগী ফিনুংগী হকচাং অদু থেঙ্গুগী অমসুং মোইবুংগী মনম অপোম্বগুম্বা তোংলবা নুপী অদু মরাইবক ফবী ওইগনি। শমুগী (মরাইবক্কু ম্না) মমায়গুম্বা তোংলবসু ফৈ। ওইথংবা হকচাংনা ম্নাংবা মচানুপী য়াম্না পোক্কনি। অদুগা য়েংথংবা শরুক্তা ম্নাংবা হেন্নবদি নুপানা অয়াম্বা পোক্কনি। ম্নারম অসি দূর্গানা মহাদেবদা হুংজবদগী মহাদেবনা মহাক্কী প্রিয়া ওইরবী, দূর্গাদা, অসিগুম্বা (গুপ্ত মুখ ম্নানি) অসি তাকপিখিবা ম্নানি। মশি মহাদেবগী পাওতাক্নি।

(গ) নুপীগী পাম্বোম ২ য়েংবা :-

নুপী অদুগী পাম্বোম অনি অদু, শমুগী মনাতোনগুম্না, চাওরবা, মতু চোন্নবা, নুপী অদু মরাইবক ফবী ওইগনি।

(ঘ) নুপীগী ফৈবোম ২ য়েংবা :-

কনাগুম্বা নুপী অদুগী "ফৈবোম" অনি অদু শমুগী মনাতোনগুম্না চাওরবা, লফু থরোগী মওংগুম্না তৌরবা অদুগা মতু অকুপ অকুপ্পা য়াম্না হৌরবদি নুপী অদু মরাইবক ফবী নুপী ওই। অদুগা লৈক্না ফজীবী ওইগনি।

(ঙ) নুপীগী মখোং অনি য়েংবা :-

কনাগুম্বা নুপী অদুগী মখোং অনি অদু খুমিৎ য়াংতক্না পানবা, থম্বালগুম্না থোংলবা, মতম অয়াম্বদা হমাং চোতক চোতক তৌরবা (কারবা) মখোং অদু চন্দ্র অমসুং থম্বালগী খুদম লৈরবা, অদুগুম্বা, নুপী অদু অতোনবগী মচা ওইনা পোক্লবগু, মহাক্কী পুন্সি অদু হিরম খুদিংদা খওহৈবী ওইগনি। অমরোমদা নুপী অদু "বিদ্যাপন" মহৈ মশিং হৈবী ওইগনি। অদুগা "সুবুদ্দি" লৌশিং চাওবীসু ওই। তৌরুবা থবক খুদিংদা মীনা থাজবা ওই। মরাইবক ফবী ওই। মশুক্লিসু থোইনা তেন্দে। করি অমুক হায়গনি নুপীওইবীগী শক্তিগী গুন চেন্দুনা, মহাক্কী পুন্সি অদু মহারানীগা মান্নবা পুন্সি ওই। অসিগুম্বা নুপীদি "শতরূপ গুন" কয়া চেনবী ওইদুনা নুংঙাইবা পুন্সি ওইগনি।

(চ) নুপীগী শম য়েংবা :-

নুপী অদুগী শম অদু য়াম্না কুংনা হৌরবা অমসুং ম্রচু লংলবা অদুগা, থোইথোই তৌনা হৌরবদি অথোইবা গুন কয়া চেনবী নুপী ওইগনি।

(ছ) নুপীগী মিৎ অনি য়েংবা :-

নুপী অদুগী মিৎ অনি অদু নিল্লকমল থম্বাল অশংবগী মওংগুম্না মনা তুল্লপা তৌনা, পিগুম অনি অদু থাগী লিরুংগুম্না তৌরবদি ফজবা গুন কয়া চেনবা ওইগনি।

(জ) নুপীগী খোইদৌ য়েংবা :-

নুপী অদুগী খোইদৌ অকোয়বদা উনশা অদু থানা, কোইরপ্না থম্বাল শাৎকায়বা লৈরিক্নুম্না তৌরবদি নুপী অদু মরাইবক ফবী অমসুং মপুরোইবসু অফবা ফংগনি ।

(ঝ) নুপীগী পুক য়েংবা :-

নুপী অদু মবুক চাওবা (কংবা) ওইরবদি নুপী অদু মকুবোক পুন্সিদবা ওই । অদুগা মচাসু কৌবা অমদি পোক্কন্দবা ওই । অদুগা মবুক শাংলগা মনাওনুপা ব্রাৎলি । অসিগুম্বী নুপী অসিদি মরাইবক ফত্তবী ওই । নুপী অদু মহু ময়াই কনবী থরা ওই ।

(ঞ) চিনবান য়েংবা :-

নুপী অদুগী চিনবান মথক মখা গুাংনা কোইরপ তৌনা হৌরিবা য়াশিং অদুনা, কুন্দো লৈগী পরেংগুম্না তৌরবদি মবুক তম্নী, ব্রা গুাংবদা থোৎনৌবী ওইদুনা, নুপী অদু অথোইবী নুপী ওই । নুপী অদু উনবদা মহা মঙ্গলগী মশক্নি ।

(ত) নুপীগী খোম অনি য়েংবা :-

নুপী অদুগী খোম অনি অদু কমলা মওংগুম তৌরবা, ময়াই ওইনা চাওরবা, খোমজিন থয়া শাংদবা ওইনা পাল্লবদি অফবা গুন কয়া চেনবী ওই। লমচৎ ফজবী ওইগনি । অদুগা খোম অদু য়াম্না চাওরবা অমদি খোংজাই থবীগুম তৌরবা নুপী অদু খোমজিন অনি অদুনা য়াম্না চাওনা শাংনা খোইদৌ য়ৌনা চোম্না পাল্লবদি মপুরোইবা মাংবা অমদি পুন্সিদবা ওই। অদুগা খোমগী নাকল য়েংলোম মাইয়োন অনিদা তু য়াম্না হৌরবা অমদি খোমজিন অনিদা তু য়াম্না হৌবা, অদুগা খোমজিন অদু য়াম্না চখৎনা পাল্লবদি লুখ্রাবী ওইগনি । য়েংথংবা খোম্না চাওরবদি মচা থারা লৈ ।

নুপানা হান্না পোক্কল্লি । খোম অদু ময়াং কংবা নপুনা পাল্লবদি মচা পোক্কন্দে থেন্না চেল্লি ।

(থ) নুপীগী ময়া য়েংবা :-

নুপী অদুগী য়াথক যাখাগী পরেং অনি অদু কুম্ভামথোই শুরবদি মিৎ য়াম্না কারমই । য়াম্না চাগল্লি । কুম্ভা ওইরবদি নুঙাইগল্লি । কুম্মাপন ওইরগা য়াগল্লি । কম্ফোই য়াত্না তারবা, য়ারী অদুনা খুংলবা, কুংনা লংনা পাল্লবদি নুঙাইগল্লি । যাথক যাখা অনিনা কুম্ভা শুরবদি নুপী অদু অন্নাংবা থাক্কী শুন চেনগল্লি । নুপা ওইরবদি অচৌবা ওইবা য়াবা শুন কয়া চেনগনি।

(দ) মকোক য়েংবা :-

নুপী অদু মকোক্কী মশম শমদোন অদু ঙাংলেনুনা অমাদি খোইরপ তৌরবা অদুগা মকোক অদুনা তুম্বা ওইরববদি নুপী অদু য়াগনবা ওই । অদুগা চৎপদা খোংনাওবী অদু লৈবাক তাপ্রবদি মপুবোইবা কায়নগল্লি ।

(ধ) নুপীগী রাশিগী লৈঙ্কম :-

কনাগুম্বা নুপীগী রাশি অদুনা, নুপাগী রাশিগী মথক্তা কাদুনা লৈরবদি য়ুম পানবদা নুপীনা গুপ্রপ তৌনা য়ুম অদু পান্নরা ওইথল্লি । নুপী অদুনা, মপুরোইবনু, নমহৎনা থম্লিংই । পক্করবসু নুপীনা খরা রাংকল্লু তৌগল্লি ।

## ২২ শুবা অধ্যায় (তান্ত্রিক)
## নুপা /নুপী খণ্ডনবা খুদম খরা

১।(ক) গর্ভদা লৈবা অঙাং, নুপা, নুপীনি খণ্ডনবা খুদম :-

গর্ভদা লৈরিবা অঙাং নুপানি নুপীনি হায়রবা খুদম অসি মথাগী পীরীবা মমিংশিংগী পীরীবা মরিশিংগী মরেক কয়া লৌরগা মদুগী মরেক মশীং অদু অত মরেক ওইনা লৌরগা হোত্নুনা পুথোক্কনি। অত মরেকশিং অদুনা, য়েনবগী পাথে থম্না চংই। মসিদা অরেবা মশিং অদু ১।৩।৫। লেপ্লবদি নুপা ওইগনি। হায়রবা পাওতাক পীরি। অদুনা মশীং ২।৪।৬ লেপ্লবদি, নুপীনি হায়রবা পাওতাক পীরি।

খুদমদি : গর্ভ পুরিবী নুপী অদুগী মমিং অমসুং থাশিং অদুনা, মশিং ৫৫ অমিদা তিনশিনরগা তিনশিনবা কল অদুনা ৮ অত মশিংনা য়েনগনি। মসিদা অরেবা মশিংগী মতুংইন্না নুপা, নুপী খণ্ডনগনি। মশিং (শুন্য) লেপ্লবদি (গর্ভপাত) হায়রবদি গর্ভদা কায়দুনা মাংগনি। গর্ভ পুরিবা নুপী অদুগী মমিং "চন্দ্রজীনি" কৌই। অদুনা থাশিংনা ৬ গুরে। মিংগী মরেকশিং ৪+ থাশিং ৬=১০ তিনশনবা কলনি। অতোপ্পা মশিং ৫৫ গা তিনশিনবদি = ৬৫গী অত মরেক মশীং অসি কংলে। মসিদা অত মশিং ৮ না য়েনবদা মশীং ১ লেপ্লে। মরম অদুনা, অত মরেকী মতুংইন্না গর্ভদা লৈরিবা অঙাং অদু নুপানি হায়রবা খণ্ডনগনি।

(খ) অনিশুবা থুদম :- গর্ভ পুরিবী মূপী অমুনী মখিংগা, গর্ভশী থাশিংগা তিনশিনবা মতম অমুনা মশিং ২ অনিমক্তু তিনশিনগনি। পনিজকী থুংহোং তৌরিবদা লাকপা মী অতোপ্পা মশিং অমুগা তিনশিনবগা, তিনশিনবা মতম অমুনা অহ মশিং ৭মা হোনগনি। মখিগী মশীং মথক্তা হায়রিবা ২।৪।৬ অসি লেপ্লবদি - গর্ভদা লৈবা অচাং অমু মূপীগি হায়বা থঙনগনি।

| | |
|---|---|
| মমুগি গর্ভ পুরিবী মূপীগী মখিং চন্নবীগি - | ৪ |
| গর্ভশী থাশিং - | ৬ |
| পনিজ তৌরিবদা লাকপা মী - | ৪ |
| অতোপ্পা মশী - | ২/১৬ |

মশীং ১৬ অসিদা ৭মা হোনবদি ২ থুংলকপা মশীং অমু ২ লেপ্লে। মরম অমুনা গর্ভদা লৈরিবা অচাং অমু মূপীগি হায়বা য়াংবনি। কমিশুবা (ভগ্য) চানা লেপ্লবগি গর্ভদা কানবা ওইবগি।

# ২৩ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)

জ্যোতিষকী রাখলগা (সম্বন্ধ) লৈবী লৈনবা, রাশি ফলগী খাওতাক খরা। নুপাগী রাশিগী ফল (মহে)।

মেষ - রাশিদা পোকপা মীদি য়া খরা ভাংগনি, ইমুং মনুংগী মীগা পুক্নিং কন্না য়ায়দনা ওইগনি। পুক্নিং খরা তত্তাংগনি, কেথোক্নি। কায়চিংবা পায়গনি। অদি চৈনবা ওই, মীয়োমবা নীঙ শীথকপা কৈ।

বৃষ - রাশিদা পোকপা মীদি মিং খরা লাওগনি, খজাও চাওই। মশম থোইগনি। নুঙাইগনি। লাই নিংগনি। লোক অমদি নুংশিংকী অনাবা লৈগনি। মতু খরা চোমগনি। শাগে - নাতেগী ফনবা তৌগনি।

মিথুন - রাশিদা পোকপা মীদি মপুক তপই। মফিমরোল মোংকনি। মহে-মশিং হৈগনি। খোঞ্জেল মেংই। অথোইবা ওইগনি।

কর্কট - রাশিদা পোকপা মীদি শাগেগী অথোইবা ওই। মশক মতৌ ফজে। লোক নুংশিংকা য়েৎনবা অনাবা লৈ। ময়ন মথুম থোইনা য়াত্তে। লাইমিংগনি।

সিংহ - রাশিদা পোকপা মীদি মনা চংপা পামই, মরূপ-মপাং য়াংকনি। নুপীবু জুনা চৈগনি। মহে হৈ, শা-ঙা পামই। রাগা চাওই। মিক থা মগনি। মপু-মাবগী অনাবা ওই। থম্মোই চাওই। শাওগনবা ওই।

কন্যা - রাশিদা পোকপা মীদি ধর্ম্মদা পুক্নিং চংই । লমচৎ ফজে । হৈ শিংই । লাইরিক লাইশু হৈগল্লি । পুকচেল নৌই, নুঙাই । মীৎকী অনাবা লৈগল্লি ।

তুলা - রাশিদা পোকপা মীদি :- জ্যোতিষ শাস্ত্র খংগল্লি । মশা মরেপ পংব্রাং ব্রাংগন্দে । মীগী ফনবা তৌগল্লি । দান তৌবা পামই । মশাদি খরা নাওশোম্নে ।

বৃশ্চিক - রাশিদা পোকপা মীদি :- মী তিনগল্লি । লন য়াম্না লৈ । পুকচেল লৌথুপ লৌকোয় লৈ । মীগী কাম্নবা তৌগল্লি । জ্যোতিষ খঙবা ওইগল্লি। থম্মোই খরদি কল্লি ।

ধনু - রাশিদা পোকপা মীদি লাই ব্রহ্মাদা ভক্তি লৈ । মীনা য়াম্না ইকাই খুম্নে। মমিং চৎকল্লি । মরূপ মপাং চানবা লৈ । শাগৈগী অথোইবা ওই। লন থুম লৈ ।

মকর - রাশিদা পোকপা মীদি :- মীগী নুপী পামগল্লি । চিরোনগী ব্রা তানবা য়াম্না হৈ । লৌশিং শিংই । মতিক মগুন চাওই । অকনবা পুকচেল চেল্লি । মশা পাই । খরদি ফিংই । মশানা তানজবা লম্না চাই ।

কুম্ভ - রাশিদা পোকপা মীদি :- হরাও কুম্মে পামই । মাইথোং মকা লাম্না ফজে । লেংদবা লন লৈ । মাগী মরূপ য়াম্না লৈ । পরিবার চাওগল্লি। মীগী কাম্নবা তৌই । পুকচেল শেংই ।

মীনা - রাশিদা পোকপা মীদি :- নুপী য়াম্না পামই । লন য়াম্না পামই। মহৈ মশিং হৈ । পুল্সি নুঙাইনা লেল্লি । মশক য়াম্না ফজে । মীনা য়াম্না ইকাই খুম্ন ফম ওই ।

# ২৪ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)

নুপীগী রাশি ফল (মহৈ) ।

মেষ রাশিদা পোকপা নুপীদি :-নাপল চাওগনবী ওই । অহল-লমন কিনা চৎলি । মতিক মগুন কয়া চেনবা ওই । হৈ শিংই । শাওং-শাদা ফজে । মপুরোইবনা লুনা তৌই ।

বৃষ রাশিদা পোকপা নুপীদি :- মশা মউ-খরা নোয় পেনবা ওই । মচা নুপা - নুপী য়াম্না পোকল্লি । ধর্ম্ম কর্ম্মদা অমসুং লাইরিক লাইশুদা য়াম্না পুক্লিং চংগনবা ওই । অরা অনা কয়া খাঙবা ঙমবী ওই । চাবা থকপদা খরদি চাগনবা ওই ।

মিথুন রাশিদা পোকপা নুপীদি :- কলা বিদ্যা কয়া হৈবী ওই । মপুরোইবনা চাল্লি । মরন মথুম লৈ । শাওং-শাদা ফজগনবা ওই । কামগী কুম্মৈ য়াম্না পামই ।

কর্কট রাশিদা পোকপা নুপীদি :- মীনা থাগৎলগা চাওগল্লি । তরু তহেনবা পামই । লাইগুরুবু নিংবী ওই । লৌশিং লৈ । রা ঙাংবদা য়াম্না হৈ । লাইনাদি খরা চেনগনবা ওই । মরন মথুমদি খরা পুংনা লৈ । মীনা ইকাই খুম্নবা ওই ।

সিংহ রাশিদা পোকপা নুপীদি :- ফিভম মূর্ত্তি য়াম্না ফজে । শা ঙা য়াম্না পামই । লৌশিং য়াম্না লৈ । খরা শাওগল্লি । থবক তৌবদা গম-পা অমদি শংশা খরা তৌগল্লি । মবুক লামগল্লি । থবক্তা অঙম তানবা লৈ । মীনুংশিদি চেল্লি ।

কন্যা রাশিদা পোকপা নুপীদি :- লমচৎ ফজবী ওই । শা ষন য়াম্না পামই । মপুরোইববু নিংই । হৈশিংই । মীবু লাকচবা ঙস্মী ওই । মশাগী লাইথুংদি খরা চেনগল্লি । রাখল খরদি মেংই ।

তুলা রাশিদা পোকপা নুপীদি :- পণ্ডিত ওই । মরাইবক ফবী ওই । অহল লমনগী শেবা তৌবদা পুক্লিং চংবা ওই । মশা মঙ কল্লি । মীগী ফনবা তৌগল্লি ।

বৃশ্চিক রাশিদা পোকপা নুপীদি :- মশাগী ঈ, নুংশিৎ খরা শোনবা ওই । মহৈ মরোং অমদি হৈ-লৈ পামই । থবক য়াম্না ওই । মথক থোংবা মীবু লুনা, কিনা নিংই । থম্মোয় খরা চেৎপা ওই ।

ধনু রাশিদা পোকপী নুপীদি :- মচা নুপীনা য়ামগনবী নুপী ওই । তীর্থ ভ্রমন চৎপা পাগনবী ওই । নিতি চৎপী ওই । রগা য়াম্না খঙবী অমদি অন্তর স্বভাবসু য়াম্না খংবী ওই । হৈশিংবী ওই । মীবু য়াম্না থাজহনবীগী গুনশু চেল্লি । খ্বাইগী মীকোক থোংবীশু ওইগল্লি ।

মকর রাশিদা পোকপা নুপীদি :- কলা বিদ্যা য়াম্না পামই । ধর্ম্ম নিয়ম য়াম্না ঙাক্লা চৎপা ওই । শাওং-শাদা ফজবী ওই । মশা তনান - তনানবী ওই । য়েংবদা ইকাই খুম্নবা মশক চেল্লি । পুক্লিং পুকচেল ফাবা ঙম্বী ওই । নুঙাইথোকপা পামই ।

কুম্ভ রাশিদা পোকপা নুপীদি :- মশক মতৌ ফজবী ওই । লৌশিং খরদি য়াৎলি । কয়া নুংশিনদবা ওই । মীনদি ইকাই খুম্নবা ওই । মীঙোন্দা পীজ পীথক ফবী ওই ।

মীনা রাশিদা পোকপা নুপীদি :- মমায় শোনগনবী ওই । শাওং শাদাদি ফজে । লাই তিনগী থবক্তা পুক্নিংদী চংগনি । কলা বিদ্যা হৈবী ওই। লন থুমসু থোইনা য়াস্তে । মরন মথুম চেনবী ওই অমসুং মীগী কান্নবা তৌই ।

## ২৫ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
## চয়োল তরেৎকী মনুংদা পোকপা মীগী ফল(মহৈ)

নোংমাইজিং নুমিৎতা পোকপা মীদি :- শাওরবদি মমাংদা খাঙবা ঙমদে, কমজাওহন্না চৎলি । ময়াই ওইনা লন লৈ । য়োকপা য়াগন্দে । থৌনা য়াম্না ফৈ, খাঙবা কল্লি । অহল-লমন্না থিবা মতু চান্নগন্দে । থৌজাল হৈ, শেন্ন-শাবা (সত্বগুন) চেল্লি । মচা য়াম্না পোক্কন্দে । মন্ত্র-যন্ত্র য়াম্না খঙগল্লি । মীনা লাকচবা ঙমদে ।

মাগী বিষয় (শিনফমদি) :- হিদাক লাংথক শেন্না, লৌ উবা (গুনারী), সনা শাবা, শিং উগী থবক তৌবা, কবিরাজ অমদি মাইবা শাবা অসিনি । মশাগী লায়নাদি কোক ঙাওবা, চিকপা, মিৎ অমসুং নাকোং নুঙাইতবা অমসুং নিংথম চনবা কলেরানচিংবা তৌগল্লি ।

নিংথৌকাবা নুমিত্তা পোকপা মীদি :- মবুক তপাই, য়াঙাং য়াতা ফজে । তোয়না নাগন্দে । লৌনিংগল্লি । অমদি খয়া লিক্কল্লি । বিদ্যা পামই। মচু পানগল্লি । অহাও অথুম চাগল্লি । পদবী ফংগল্লি । লায়নাদি তাং খুদিংদা চিকপা, ঈনা হক্চাংদা চাইনা ঙমদবা শিবা অমসু লৈগল্লি ।

শিনফমদি লৌ উবা, লৈথাবা, মনি মুক্তাগী মরমদা শেম শাগনবা, থবক তৌবা পামই ।

লৈপাকপোকপা নুমিত্তা পোকপা মীদি :- মীগা তিন্নবদা কয়া নুঙাইতবা ওই। মথৌনাদি লৈ। শাওগনবা (তমগুন্না) পুবা ওই। মীঙোন্দা নোনবা হৈনদে। কলা বিদ্যা কয়া পামদে। অহন্না থিবা নুপী চান্নগন্দে। মচু কয়া পানগন্দে। মচা নুপানা হান্না পোক্কল্লি। লাইদি নিংই। পদবী ফংগল্লি। মচিন্দা লাইতোংগল্লি। ঈগী লায়না অমদি অমাংথোংদা বেরা তৌগনবা ওই। তাপোম অতং তৌগল্লি। ঈশিং মরী বেরা তৌগল্লি।

শিনফমদি (ভুমিজীবিকা) লৌউবগী থবক শাবনগী সুচিংবা, থাংশাবা, চফু শাবা, শা-যন লোইবা, ময়াই কাবা (য়ুনচিংবা) থকপা ডাকুগী মরক্তা তিনবা পামই। থম্মোয়সু ফংকন্দে।

য়ুমশকৈশা নুমিত্তা পোকপা মীদি :- থবক নানথোকপা হৈ, মপা মমাগী লনথুম ফংগন্দে। ইংবা তপ্পা, নিঙমদবা ওই। গনিতশু (অঙ্কশু) খরা হৈগল্লি। জ্যোতিষকী (পাঞ্জিগী) থবকশু হৈ। (রশায়নিক) বিদ্যা, মাইবা, কবিরাজ, ডাক্তরনচিংবা তৌগল্লি। মশাদা (রজ গুনশ্বভাব) হায়বদি মীবু ঙাকপীবা অমদি থম্মোয় পেৎপা ওইগল্লি। মীনা ফরগা ফৈ ফত্রগা ফৎকন্দে। নুপীনা পামগল্লি। হৌরকপদা য়ারবসু মমৈদা ফৈ। কলপনা য়াম্না খঙগনবা ওই। লায়নাদি কোক ঙাওবা, মৈ শোনবা, শারৈ অমদি য়াহুবনচিংবা তৌগল্লি।

শিনফমদি :- পুং, ঈশৈ তৌবা, বিদ্যা তৌবা, পাঞ্জি থবক্তা, মাইবগী থবক য়াম্না খঙগল্লি।

শগোলশেন নুমিত্তা পোকপা মীদি :- চিন, পুক য়াংই। বুদ্ধি-লৌশিং চংথোল্লি। মচা য়াম্না পোক্কল্লি। কলা বিদ্যদা মমিং চৎকনবা ওই। পদবী য়াংনা ফংগল্লি। কবি কলপনাগী য়াথল য়াম্না লৈগল্লি। শস্ত্রগী নিয়ম য়াম্না খঙই। মীঙোন্দা থৌজাল য়াম্না হৈবা ওই। (মরেপ) য়াংবা ওই। মচা য়াম্না পোক্কল্লি। মরন মথুম য়াম্না লৈগল্লি। পুক খরদি য়াঙই। শম থোইদক তৌই।

লায়নাদি :- ঙৌ, খৌরী নাগনবা, কোক খরা নুঙাইতবা তৌগনি। খঙহৌদনা ইপাহ্ তৌগনি ।

শিনফমদি :- কলা বিদ্যা, মন্ত্রি ফমনাইবা, পুরোহিত, ঠিকা তৌবা, কচি ওইবা, ললোনবা অসি পামগনি ।

ইরাই পোকপা মীদি :- নোংশাগী মতৌগুম্বনি । ঙৌখি ঙৌয়াগনি। চাবা থকপদা কছি চাওই । পুন্সি শাংই । নুপীনা পামগনি । লিংজেল থাবা, মীগীদমক কান্নবা তৌগনি । মীগী লাংদা থুগনি । রাজ গুনা পুবা ওই, কাব্য সাস্ত্র য়াম্না হৈ, লৈবাক্কী শেবা তৌগনি । লাংফম কুংই । সঙ্গিত বিদ্যা হৈশিংনচিংবা মহৈ-মশিং অসি য়াম্না পামগনি । খুৎশাঙ হৈগনি ।

লাইথুংদি :- থাভুগী চিক খোৎপা, ঈশিং মরী বেরা তৌবা লৈ । পুক থিনবা উনশাগী লায়নানা পাৎ পোম্বা তৌগনি ।

শিনফমদি :- ঈশে নুংমাই তৌবা, প্রজাগী সেবা তৌবা, লাইরিক লেংবদা কর্ম্মচারি তৌবা লৈ । লাই য়েকপা, খুৎশা হৈবা ওই ।

থাংজ নুমিত্তা পোকপা মীদি :- মচিনময়া পানবা, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎনা য়েংথিবা ওই । মীনা কয়া থাজবা থমদে । লিংজেল থাবা ওইগনি । রাখল তানা চক্রবদি রাগনি । হৈশিংলবদি পণ্ডিত ওইগনি । থবক অপুম্বদা চিথগন্দে । সাওরগা কপকনি । মীঙোন্দা শিজবা পামুদে । লংফৈ চৎপা পামই, মীরা মীশা খরা তাগনি ।

শিনফমদি :- ভুমিজীবকা (লৌউবগী থবক তৌবা), কামলাগী থবক তৌবা, সমভুদা চৎলগা থবক তৌবা, য়োৎ - থাং শুবা, (ভুমগী) ঙা ফাবগী থবক তৌবা, থাও শুম্বা,

লায়নাদি অপংবা চিকপা লোক চেনবা যক্কার (টিবিগী) লায়না তৌগনি । রাখল ফত্তবা, থম্মোই খরা কনবা ওইদুনা, পাপকী থাক তৌগনবা ওইদুনা, ফত্তবা, নুংশিৎকী লায়না চেনগনবা ওই ।

## ২৬শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
## থা ১২দা পোকপা, নুপা অমসুং নুপী অনিগী য়েংনবা ফল

শজিবু থাদা পোকপা মীদি মশক মতৌ ফজগনি । হং ডপই, মহৈ-মশিং হৈগনি । পুং, ঈশৈনচিংবা (কলা বিদ্যা) পামই । মী অফবা ওইগনি । মাংদা মীনা য়া ঙাংবা ঙমদে, তুংদা ঙাংনৈ । মীনা চানি । লৌ-শিং উবা পঙ্কে । অচৌ অশাং খনবা পঙ্কে । অহল লমম্না হায়বা ইনগনি । চহি ৪ শুবা মতমদা ফত্তবা ওই । চহি ১৫ দা, মৈ, ঈশিংদগী অৱাবা নংগনি । চহি ৩০।৩৫ দসু খুদোংচাদবা থোক্কনি ।

কালেন থাদা পোকপা মীদি :- পুকচেল কনি । মী অফবা ওইগনি। অচৌ-অশাং খনবা পঙ্কে । নুপী অঙৌবা পঙ্কে । হৈ শিংই । অথুম - অহাও চাবা য়াম্না পামই । চহি ২।৪।৭।১০।১১ অসি ফত্তবা ওই । চহি ১৫।২৫ দসু অপাইবা দশা থোক্কনি । চহি ৩৬।৪৬।৭৮ অসি ফত্তবা মতাং ওইগনি ।

ইঙা থাদা পোকপা মীদি :- চাবা থকপা মরাং কায়না ফংগনি । মহৈ - মশিং হৈগনি । নুপী ঙাংঙ্নবী লৌরবদি মচা শিগনি । অমুবী লৌরবদি, শিরোই । মশক মতৌ ফজবা ওই । পুক্নিং নৌথোক্কনবা ওই ।

মীনা ইকাই খুম্নবা ওই । য়াঙাং য়াতা ফজে । চহি ২।১৪।২৯।৪৫ দা অয়াবা নংগল্লি । চহি ৪৭ তা মচাক ময়ান য়াম্না ফগল্লি । চহি ৫৬ সি লাংফম ওই । চহি ৭২ অসি য়াম্না ফত্তে ।

ইঙেন থাদা পোকপা মীদি :- বিদ্যা য়াম্না হৈগল্লি । য়েক খোংপা হৈ, নিংবা থুংগল্লি । পুন্সি শাংই । লৌশিং চাওই । মচা য়ামই । য়াঙাং য়াতা ফজে । লৌজনাম পুজনাম কল্লি । থক-খাদি চান্নগল্লি । চহি ৩।২৩।২৮।৩৭।৪০ অসি ফত্তবা মতাং ওই । চহি ৪৬ লন থুম ফংবা ওই । চহি ৫৭ ফত্তে । চহি ৬৫ চাওখৎপা লাকই । চহি ৭৩ অসি ফত্তবা চহি মতাংনি।

থবান থাদা পোকপা মীদি :- মশক মতৌ ফজগল্লি । লৌশিং লৈ । লন চেল্লি । অঙম অথৌগা ঙাই ওইগল্লি । দান তৌবা, ধ্যান তপনচিংবা, ধর্ম্ম, কর্ম্মদা পুক্কিং লুপশিনগল্লি । ললোনবদি তোংগন্দে । অঙৌবী পক্লে। অকুবী লৌরবদি বেরা থরা থাংই । মরেপ নেম্বীদি পক্লদে । চহি ৪।৫।৩১ অসি ফত্তে। চহি ৪৬।৪৮ অসি মৃত্যু (অশিবগা) পাংথক ওইবা, দশা তাগল্লি । নুংশিৎকী লায়না থরদি চেনগল্লি ।

লাংবন থাদা পোকপা মীদি :- অহানবা হৌরকপদা য়ায়, মমৈদা ফৈ । কলা বিদ্যাদা মমিং চৎলি । পদবী ফংগল্লি । মশক মতৌ ফজগল্লি । মতিক মগুন চেল্লি । লৌশিং লৈ । অফবা মচা পোক্কল্লি । অচৌ অশংনা চাল্লি । পাইরক্কী লৌশিং লৈ । নুপীদি অঙৌবী পক্লে । চহি ৩।২১।৩৬ তা ফত্তে । চহি ৫৫ লন ফংই । চহি ৫৮দা পাদবী ফংগল্লি । চহি ৩২।৬৮ অসি অয়াবা দশা তাগল্লি ।

মেরা থাদা পোকপা মীদি :- পদবী (ফম-নাইবা) ওইগল্লি । মপা মপুগী যুম্ফম ফংই । লৌশিং চাওই । ইন্দ্রি খুদম চনবা ঙমই । অচা-অথক

ঝাংতে। লৌ ইংখোলসু পক্লে । লনথুম চেল্লি । অঙম অথৌনা চাল্লি । মমিং চৎকল্লি। ঈশৈ নুংমাই পামই । লাইনঙ চাল্লি । মীনদি খরা কল্লক য়েংথিবা ওইগল্লি। চহি ৪।৬।১০।২১।৩১।৫৫।৮১ ফত্তবা চহি মতাংনি।

হিয়াংঙ্গেদা পোকপা মীদি, ইকাইখুম্নে । চাবা থকপা ঝাংতে । হৌরকপা ঝাই, মমৈদা মচাক মরন পুংই । অহন ওইরগা নুঙাই খুৎশা য়াম্না হৈ । ললোনবদি পক্লদে । লৌ ইংখোল পক্লে । মীনা চাল্লি । মীগী মতেং পাংই । লাইবু নিংজে । নুপীদি মেমানবী তোংগানবী পক্লে । ধর্ম্ম চেনবা ওই । চহি ৩।৭ ফত্তে । চহি ৮ ফৈ । চহি ১৬ অরা অনা দশা তাই । চহি ২৭।৪৪ ফত্তে, চহি ৫৭ অপাইবা দশা ফংগল্লি । কলা বিদ্যাসু পামই।

পোইনু থাদা পোকপা মীদি :- অফবা মীদি ওই । অদুবু মচিন মনাওদি চান্নগন্দে । দান তৌবা পামই । লৌশিং লৈ । শাগৈ-নাতৈনা য়েংথিবা ওই । নুপীদি ঙৌনা ঙানবী পাক্লে । পুক্লিং পুকচেলদি শেংই । চহি ৭।১৪।৪১।৪৬।৫৫ অসি ফত্তে ।

ঝাকচিং থাদা পোকপা মীদি :- শাওগল্লি । মচা য়ামই । মশাদা খুদম লৈগল্লি । মীনা লাকচবা য়াদে । মতিক মগুন লৈ । মীঙোন্দা পীথোকল্লি। নহা ওইরিঙৈদা অনা অয়েক খরা নংই । মমৈদা চাওখৎলকই । অচৌ অশাং খনবা পক্লে । লৌনম খরা চাওই । নুপীদি ঙৌরু শংদানবী পক্লে । চহি ১।২।১৪ ফত্তে । চহি ২০।২৬ ফৈ । চহি ৪৫ লন ফংই । চহি ৪৮ দা ফম নাইগল্লি । চহি ফত্তে । চহি ৬১।৫৮। ৮০ ফত্তে ।

ফাইরেল থাদা পোকপা মীদি :- অহানবদা খরদনা হৌদোকই । মরুপ মপাং য়াম্না লৈ । মহৈনা ফমনাই । পীজপীথক ফৈ । শাগৈনা চাল্লি । থবক শাংদোকল্লি । অঝাবা থৌরাংগল্লি । শাওগল্লি। শাগৈ, ঙাইনা চাল্লে।

মীঙোন্দা কয়া হঙন্দে । মনিং তমগল্লি । নুপীদি অমুবী পঙ্কে । অঙৌবা লৌরবদি পুক্লিং খরা লাংগল্লি । চহি ২।৭।২৭।২৯ ফত্তে । চহি ৫২ লন ফংগল্লি । চহি ৬৪।৮৮। ফত্তবা চহি মতাংনি ।

লমতা থাদা পোকপা মীদি :- নুঙাই য়াইফবা ওই । অচা - অথক য়াংকন্দে । ললোনবা লৌউবা পঙ্কে । মীনা ইকাই খুম্মে । দান তৌগল্লি । অচৌ-অশাংনা চাল্লি । য়াহে খোনফম নুংশি । মীঙোন্দা হঙন্দে । মনিং তম্না পাল্লি । অহন ওইরকপদা খরাদি য়াৎপা লৈ । অহল-লমনগী সেবা তৌগল্লি । নুপীদি তোঙ্গানবী পঙ্কে ।

চহি ২।১০।৩৩।৪৬ অসি ফত্তে । চহি ৭৬ লন চংই । চহি ৭৯ অশি ফত্তে ।

# ২১ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# থাগী তৎনবা নুমিৎ

থাগী তৎনবা নুমিৎ : থাগী তৎনবা নুমিত্তা অফবা থবক ইনথাং তৌবা ফত্তে । পোৎ-চৈ লৈবা অমসুং থবক অরাপ্পা যাত্রা তৌদুনা, লংফৈনচিংবা চৎফত্তে । অদুগা তেকসন হঞ্জিন্দনবা থবক তৌবদি ফৈ ।

অদুনা মথাদা থাগী তৎনবা নুমিৎশিং পীজবি ।

(ক) শজিবু, থৌরান, পোইনু - নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা তৎনৈ ।

(খ) কালেন, লাংবন, রাকচিং- য়ুমশকৈশা, ইবাই, তৎনৈ ।

(গ) ইঙা, মেরা, ফাইরেন - লৈপাকপোকপা তৎনৈ ।

(ঘ) ইঙেন, হিয়াঙ্গৈ, লমতা - শগোলশেন, থাংজ তৎনৈ ।

ঐখোয়না থা, থাগী তৎনবা নুমিৎশিং অসি খংজিনবিগদবা ওই। মরমদি : অফবা, অৱাংবা থবক তানখৎলকপদা, তৎনবা নুমিৎ অসিদা তৌবিরোইদবনি । করিগুম্বা তৎনবা নুমিত্তা অঙাং পোকপা থোক্লবদি, মসি দোষ কোক্লবা প্রায়শ্চিৎ থরা তৌবিবা ফৈ ।

## ২৮শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
## নক্ষত্রগী (থবানমিচাক্কী) তারকগন

(ক) নক্ষত্র - ১।৫।৭।৮।১৩।১৫।১৭।২২।২৭ অসি (দেবগন) লাইনি।

(খ) নক্ষত্র - ২।৪।৬।১১।১২।২০।২১।২৫।২৬ অসি (নরগন) মীনি

(গ) নক্ষত্র - ৩।৯।১০।১৪।১৬।১৮।১৯।২৩।২৪ অসি দেবারিগন অমদি (রক্ষশগন) লাই হিংচাবনি।

## ২৯শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
## (ক) রাশি ১২গী তারকপা বর্ন

| | | |
|---|---|---|
| মিন, কর্কট | - | ব্রহ্মননি। |
| সিংহ, তুলা, ধনু | - | ক্ষাত্রিনি। |
| মিথুন, মেষ, কুম্ভ | - | বৈশ্যনি। |
| বৃষ, কন্যা, মকর | - | শূদ্রনি। |

# ২৯শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
## (খ) অপোকপা খুরুম্বা অমদি অফবা তানখৎপা

ইঙা থাদা - লম নিবা ফৈ।

লাংবন থাদা - মচা থারা নিবা অমদি অপোকপা খুরুম্বা ফৈ।

পোইনু থাদা - পুন্সি নিবা ফৈ।

# ৩০ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# রাজযোটক থোকপা (রাশি পরুবা)

বরগী (নুপাগী রাজ) কন্যা (নুপীগী রাশি) ।

| | | |
|---|---|---|
| ১। | মেষ রাশি | মেষ, মিথুন, কর্কট, মকর, কুম্ভ |
| ২। | বৃষ রাশি | বৃষ, কর্কট, কন্যা, বৃশ্চিক, কুম্ভ, মীন |
| ৩। | মিথুন রাশি | মিথুন, সিংহ, কন্যা, মীন, মেষ, মেষ |
| ৪। | কর্কট রাশি | কর্কট, কন্যা, তুলা, মকর, মেষ, বৃষ |
| ৫। | সিংহ রাশি | সিংহ, তুলা, বৃশ্চিক, বৃষ, মিথুন |
| ৬। | কন্যা রাশি | কন্যা, বৃশ্চিক, ধনু, মীন, মিথুন, কর্কট |
| ৭। | তুলা রাশি | তুলা, ধনু, মকর, কর্কট, সিংহ |
| ৮। | বৃশ্চিক রাশি | বৃশ্চিক, মকর, কুম্ভ, বৃষ, সিংহ, কন্যা |
| ৯। | ধনু রাশি | ধনু, কুম্ভ, মীন, কন্যা, তুলা |
| ১০। | মকর রাশি | মকর, মীন, মেষ, কর্কট, তুলা, বৃশ্চিক |
| ১১। | কুম্ভ রাশি | কুম্ভ, মেষ, বৃষ,বৃশ্চিক, ধনু |
| ১২। | মীন রাশি | মীন, বৃষ, মিথুন, কন্যা ধনু, মকর |

মথক্কী রাশিশিং অসি বর অমসুং কন্যা অসি পক্লরবদি ফৈ । অদুগা মখোয়গী "গন" অদুশু মান্নরবদি অমুক হেন্না ফৈ । মসি লৈমিন্নবদা অমদি লৌন-লৈনবদা থোয়না কায়দে ।

# ৩১ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# কেতু লৈখুন চংবা থবান

পুম্রি, শুহা, অমাংশংনচিংবা তৌহৈদবা ।

১। শজিবু থাগী তিথি ৬নি পানবা কেতু লৈখুন চংই, ফত্তে ।

২। কালেন থাগী তিথি ১১ নি পানবা কেতু লৈখুন চংই, ফত্তে ।

৩। ইঙা থাগী তিথি ৬।৭ নি পানবা কেতু লৈখুন চংই, ফত্তে ।

৪। ইঙেন থাগী তিথি ৪।৫ নি পানবা কেতু লৈখুন চংই, ফত্তে ।

৫। থৌৱান থাগী তিথি ১০।১১ পানবা কেতু লৈখুন চংই, ফত্তে ।

৬। লাংবন থাগী তিথি ৩।৪ নি পানবা কেতু লৈখুন চংই, ফত্তে ।

৭। মেরা থাগী তিথি ৬।৭ নি পানবা কেতু লৈখুন চংই, ফত্তে ।

৮। হিয়াঙ্গৈ থাগী তিথি ১০।১১ নি পানবা কেতু লৈখুন চংই, ফত্তে ।

৯। পোইনু থাগী তিথি ২।৬ নি পানবা কেতু লৈখুন চংই, ফত্তে ।

১০। ৱাকচিং থাগী তিথি ৬।৭ নি পানবা কেতু লৈখুন চংই, ফত্তে ।

১১। ফাইরেল থাগী তিথি ১০।১১নি পানবা কেতু লৈখুন চংই, ফত্তে।

১২। লমতা থাগী তিথি ২।৩ নি পানবা কেতু লৈখুন চংই, ফত্তে ।

মথক্কী থবানশিং অসিদা, পুখ্রি, গুহা, অমাংশং অমসুং কোম্লচিংবা তৌবা ফত্তে। খুদোংচাদবা অমদি অমাং অতা থোক্কল্লি। তুংদা মী অদুদা, অমদি ইমুংদা তুরৈ, ইরৈ, য়াম্না চনবা লাক্কল্লি।

পুখ্রি, গুহা অমদি অমাংশংনচিংবা তৌবা মতমদা অক্লবা নুমিৎ অমসুং থবান য়েংদুনা তৌবিবা ফৈ। মশি তৌবা মতমদা য়ুমগী অহল ওইবা অমনা, য়োৎলৈ থরা হাম্না কাংদুনা তৌবা হৌহনবা ফৈ। তৌবা মতমদা মি নন্দুনা ককথৎলগা, তৌশ্রবদি জীব পানবা কয়া তাদুনা শিগল্লি।

# ৩২ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
## ইংখোল য়ুম্ফম য়েংবা কায়াৎ শাদোকপা

ইংখোল অমদা কায়াৎ হায়বদি য়ুম্ফম ৯ থোক্লা শাদোক্তুনা য়েংগনি। য়ুম্ফম ৯ থোকপা অসিগী মনুংদা লংজা, ফিরান, মৈথু অহুম অসিদা য়ুম শাবা ফত্তে ।

মসিগী মরম খরা মথাদা য়েক্তুনা পীজরি।

| | | |
|---|---|---|
| (চিংথৈ)<br>লাংজা | (নোংপোক)<br>ফিরান | (মৈরম)<br>মৈথু |
| (অব্রাং)<br>শামু | (ময়াই)<br>শঙ্গাই | (মথা)<br>নোংশা |
| (কৌব্রু)<br>লোলা | (নোংচুপ)<br>তমফা | (শহোং)<br>লমহই |

য়ুম শাবা মতমদা, শঙ্গাই য়ুমফমদগী খরা হুহ্দুনা তমফা য়ুম্ফম লোমদা চংশিল্লগা, শঙ্গাই য়ুম্ফম শোক্লা শাবা কৈ ।

মসিনা য়ুমশাবদা খ্বাইদগী হেন্না ফবা য়ুম্ফমনি । অদুগা লমহই অমসুং নোংশা য়ুমফমদা শাবা অসিসু ময়াই ওইনা ফবা ওই । লোলা য়ুম্ফমদি শাবা ফত্তে ।

য়ুম শাবা মতমদা, ইংখোলগী কারন অসি য়াম্না মুন্না য়েংবিগদবনি। কারন হায়বা অসিদি ইংখোল অদুগী মনিংদগী মমাং ফাওবদা, থৌরী অমা তিংলগা, মদুগী তংখাই অদুবু (ময়াই) অদুবু ইংখোলগী কারন কৌই।

কারন অসি থোংজিন্দা থম্বা ফৈ । নত্রগা য়ুমগী জুরিদগী খুদোন অমা চৎথোক্না থম্বা অসি ফৈ । জুরিদা থম্বদি অশুং ওইহনগল্লি । অদুবু থোইনা কায়দে । খাংলেনফমদা থম্বদি মী শিগল্লি । ইমুংগী যাত্রা ময়াদা থম্লবদি ইমুংগী অশুং অসি য়াম্না লায়োক্লনবা ওই ।

করিগুম্বা ইংখোল অদুনা মওং চাদবা, য়াম্না ফরক তাবা ওইরবদি ইংখোলগী কারন অদু য়ুমগী মনিংদা পুমথম থম্লগা শাবা য়াই ।

# ৩৩ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# য়ুমলাই থোক লৈবা

শাগদৌরিবা য়ুম অদুগী মরাক অমসুং ময়ুংগী খুদুপ মশিং লৌরগা, মসিদা অঙ্ক মশিং ৯ গা তিনশিন্নরগা, অঙ্ক মশিং ৭না য়েল্লু । মসিদা ১ লেপ্লবদি ব্রহ্মননি ফম্ভে । ব্রাথোক্কল্লি । মীব্রা মীশা তাগল্লি । মশিং ২ লেপ্লবদি ক্ষত্রিনি, ফৈ, নুঙাই । মশিং ৩ লেপ্লবদি, বৈশ্যনি খৎনৈ, ইশৌ লাংই । মশিং ৪ লেপ্লবদি শুদ্রনি, ফৈ । মবুক মরা তপ্পা লৈ । মশিং ৫ লেপ্লবদি হরিনি, ব্রাই লন চৎলি । মশিং ৬ লেপ্লবদি যৌবনি, নুঙাই, লন- থুম চংই । মশিং ০(শুন্য) লেপ্লবদি লাইশংনি, য়ুম্রাই থোক কৌই । জীব পানবা শোক্কনি ।

## ৩৪ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
## নুমিৎ ৭ নিগী মনুংদা যত্রা তৌবগী মরম

নোংমাইজিং নুমিৎ - নোংপোক চৎপা নিংবা থুংই । মৈরম চৎপা অৱাবা ফংই । মখা চৎপা ওইজ ওইথক ফংই । মোইরাং লাইচি চৎপা খৎন-চৈনবা ফংই । নোংচুপ অশিবা অমদি কান্নদবা ফংই । চিংখৈ চৎপা অৱাবা ফংই ।

নিংথৌকাবা নুমিৎ - নোংপোক চৎপা অশিবা নংই । মৈরম চৎপা অশিবা নংই । মখা চৎপা ইকাই খুম্নবা ফংই । মোইরাং লাইচি চৎপা ইকাই খুম্নবা ফংই । অৱাং চৎপা ওইজ ওইথক ফংই । চিংখৈ চৎপা অশিবা নংই । নোংচুপ চৎপা অফা অপুন নংই । কৌব্রু লাইচি চৎপা অফা অপুন নংই ।

লৈপাকপোকপা নুমিৎ - নোংপোক চৎপা অৱা অনা নংই । মৈরম চৎপা অৱা-অনা অমদি মায়থীবা নংই । মখা চৎপা নিংবা থুংই । মোইরাং লাইচি চৎপা খৎনবা নংই । নোংচুপ চৎপা ওইজ ওইথক ফংই । কৌব্রু লাইচি চৎপা নিংবা থুংই । অৱাং চৎপা অশিবা নংই । চিংখৈ চৎপা অশিবা নংই ।

য়ুমশকৈশা নুমিৎ - নোপোক চৎপা নিংবা থুংই । মৈরম চৎপা অৱাবা ফংই । মখা চৎপা অশিবা নংই । মোইরাং লাইচি চৎপা অৱাবা ফংই । মখা চৎপা অৱাবা ওই অমদি অরেম্বা ওই । নোংচুপ চৎপা অফা - অপুন নংবা ওই । কৌব্রু লাইচি চৎপা অৱাবা নংই । অৱাং চৎপা অরেম্বা ওই । চিংখৈ চৎপা ওইজ-ওইথক ফংই ।

শগোলশেল নুমিৎ - নোংপোক চৎপা অরেম্বা ওই । মৈরম চৎপা চান্নবা ফংই । মখা চৎপা অরেম্বা ওই । অৱাবা ফংগল্লি । মোইরাং লাইচি চৎপা অফা-অপুন নংই । নোংচুপ চৎপা ইকাই খুম্নবা ফংই । কৌব্রু লাইচি চৎপা ইকাই খুম্নবা ফংই । অৱাং চৎপা লন ফংই । চীংখৈ চৎপা অৱাবা ফংই ।

ইরাই নুমিৎ - নোপোক চৎপা নিংবা থুংই । মৈরম চৎপা নুঙাইবা ফংই । মখা চৎপা ওইজবা ফংই । মোইরাং লাইচি চৎপা অফা-অপুন নংই । নোংচুপ চৎপা অরেম্বা ওই । কৌব্রু লাইচি চৎপা অমাংবা ওই । অৱাং চৎপা অরেম্বা ওই । চিংখৈ চৎপা মরুপ উম্নবা ফংই ।

থাংজ নুমিৎ - নোংপোক চৎপা অকি-অখঙ নংই । মৈরম চৎপা অৱা-অনা নংই । মখা চৎপা ওইজবা ফংই । মোইরাং লাইচি চৎপা অৱাবা ফংই । নোংচুপ চৎপা ইকাই খুম্নবা ফংই । কৌব্রু লাইচি চৎপা লন ফংই । অৱাং চৎপা মচাক মরন ফংই । চিংখৈ চৎপা মাই পাকপা ওই ।

থবক চৎপা মতমদা, হায়রিবা নুমিৎ ৭নি অসিগী মায়োন য়েংদুনা যত্রা তৌদুনা চৎপা কৈ ।

## ৩৫ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
## শম অমসুং খুজিন্নচিংবা ককপদা ফত্তবা নুমিৎ

| | | | |
|---|---|---|---|
| (ক) | নোংমাইজিং নুমিত্তা কক্লবদি | - | লন থুম ময়েং তাই । মাংই। |
| (খ) | নিংথৌকাবা নুমিত্তা কক্লবদি | - | লন ফংই । চাওখৎলি । |
| (গ) | লৈপাকপোকপা নুমিত্তা কক্লবদি | - | মচি ময়া পানবনা শোকই। |
| (ঘ) | যুমশকৈশা নুমিত্তা কক্লবদি | - | সম্পতি চাওখৎলি । |
| (ঙ) | শগোলশেল নুমিত্তা কক্লবদি | - | বুদ্ধি হছে । |
| (চ) | ইরাই নুমিত্তা কক্লবদি | - | কাম ময়েং তাই । |
| (ছ) | থাংজ নুমিত্তা কক্লবদি | - | ব্রাখল ফত্তবা পোকই, ইকাই খুম্নবা য়াবা পুম্নমক মাংই । |

# ৩৬ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# অমোঘ (যাত্রা তৌহৈদবা থাগী নুমিৎ)

শজিবু থাগী লৈপাকপোকপা নুমিৎ যত্রা তৌহৈদে।

কালেন থাগী নিংথৌকাবা নুমিৎ যত্রা তৌহৈদে।

ইঙা থাগী নোংমাইজিং নুমিৎ যত্রা তৌহৈদে।

ইঙেন থাগী থাংজ নুমিৎ যত্রা তৌহৈদে।

থৌৱান থাগী ইরাই নুমিৎ যত্রা তৌহৈদে।

লাংবন থাগী শগোলশেন নুমিৎ যত্রা তৌহৈদে।

মেরা থাগী য়ুমশকৈশা নুমিৎ যত্রা তৌহৈদে।

হিয়াঙ্গৈ থাগী লৈপাকপোকপা নুমিৎ যত্রা তৌহৈদে।

পোইনু থাগী নিংথৌকাবা নুমিৎ যত্রা তৌহৈদে।

ৱাকচিং থাগী নোংমাইজিং নুমিৎ যত্রা তৌহৈদে।

ফাইরেন থাগী থাংজ নুমিৎ যত্রা তৌহৈদে।

লমতা থাগী ইরাই নুমিৎ যত্রা তৌহৈদে।

# ৩৭ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# যত্রা (চৎলমদাইদা) তৌগদবা মরম খরা

থবক চৎলমদাইদা স্বর অহমলক চিংশিল্লগা, স্বরগী অহোবা য়েংলগা, খোং য়েংনা হাম্না থাংদুনা যাত্রা তৌরবদি অপ মৃত্যু অমদি খুদোংথিবা কয়া থোক্কবা ওইগনি ।

মখাগী নুমিৎ তরেৎনি অসিদা চৎলমদাইদা তৌগদবা শজেন খরগী মরম পীজরি ।

নোংমাইজিং নুমিৎ :- স্না মচু মানবা ফি নত্রগা ফি অঙাংবা শেত্নুনা নত্রগা হকচাংদা পত্নুনা খোংকাপ ৮ চৎলগা, ঙাইহাক লেপ্লগা চৎকনি ।

নিংথৌকাবা নুমিৎ :- খুৎ য়েৎনা লৈ মনম নুংশিবা পায়রগা মনম নত্রগা খোংকাপ ৯ থাংলগা ঙাইহাক লেপ্লগা চৎকনি ।

লৈপাকপোকপা পোকপা নুমিৎ :- খোং য়েৎনা হাম্না থাংদুনা, অবাংবা রাখল খন্দুনা, ঙাইহাক লেপ্লগা চৎকনি ।

য়ুমশকৈশা নুমিৎ : চন্দন মনম নুংশিবা কক্সুমনচিংবা চন্দন মনম নুংশিবা থিন্দুনা অমসুং লৈমচু অঙৌবা, অঙাংবা, অশংবা অসি খুৎ য়েৎনা পায়রগা মনম ৩ লক নত্রগা, স্বর ৩ লক চিংশিল্লগা, তিন ৩ লক য়োৎশিল্লগা,

খোং য়েংনা হান্না থাংদুনা যাত্রা তৌরবদি ম্রা ঙাংনবদা মথক থংই । থবক মঙ্গল ওই । বেরা থাংলবসু মমৈদা মাই পাক্কনি ।

শগোলশেল নুমিৎ :- চৎলমদাইগী মতমদা হকচাং অসি অমুক্তং হম্বনা য়েংলগা হকচাংগী মুর্ত্তি অদু ভাবনা লাকশিন্দুনা য়েংলগা, খোংথাদুনা যত্রা তৌগনি । খোংকাপ ৩ নত্রগা ৫ ফংবা ফাওবদা অথুম অহাও চাদুনা চৎক্কনি ।

ইরাই নুমিৎ :- খোংকাপ ১১ থাংবা ফাওবা, ইমুংগী মীদা ম্রা হায়রগা চৎকনি । লম্বীদা মী থেংনরবদি হান্না কৌবা ফত্তে । মীনা কৌরগা নত্রগা ঙাংলবা মতুংদা চৎনা-চৎনা লেপ্পা তৌদনা হায়বদি পনবা তৌদনা চৎপা ফৈ ।

থাংজ নুমিৎ :- যাত্রা তৌবা কান্দগী খোংকাপ ৩ থাংবা মতমদগী খোংকাপ ১২ ফাওবা ইমুংগী নুপী অঙাং চৈ চৈদুনা চৎকনি । অদুগা খুৎ য়েৎকী খুৎশা মঙা অশি চজুম তারগা ৩ লক চুপশিল্লগা তিন অদু য়োৎশিল্লগা চৎকনি ।

## ৩৮ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
## শম অমসুং খুজিন্নচিংবা ককপগী

| | | |
|---|---|---|
| নোংমাইজিং নুমিত্তা ককপবদি | - | লন মাংই। |
| নিংথৌকাবা নুমিত্তা ককপবদি | - | লন থুম ফংই। |
| লৈপাকপোকপা নুমিত্তা ককপবদি | - | মচিন ময়া পানবা খুৎলাইনা শোকই। |
| য়ুমশকৈশা নুমিত্তা ককপবদি | - | থবক অমদি সম্পত্তি চাওখৎলি। |
| শগোলশেন নুমিত্তা ককপবদি | - | সম্পত্তি অমদি বুদ্ধি ময়েং তাই। |
| ইরাই নুমিত্তা ককপবদি | - | ইন্দ্রি ময়োন চোংদে। কাম ময়েং তাই। |
| থাংজ নুমিত্তা ককপবদি | - | রাখল ফত্তবা লাকই। ইন্দ্রি ময়োন চোংদে। পাঙ্গল অমদি ন্নখামচিংবা হন্থে। |

থাংজ খুদিংগী থংন-থংননা, শম অমসুং খুজিন ককপবদি মতম পুম্নমক্তা থাং তেন্না, মচিন তুম্বা, থৌবা পোৎনা শোক্কনি।

# ৩৯শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# নবগ্রহ (গ্রহ ৯গী মমিং)

১। রবি

২। চন্দ্র

৩। মঙ্গল

৪। বুধ

৫। বৃহস্পতি বার

৬। শুক্র

৭। শনি

৮। রাহু

৯। কেতু।

# ৪০ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
## রাশি ১২ গী মমিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | মেষ | ২। | বৃষ |
| ৩। | মিথুন | ৪। | কর্কট |
| ৫। | সিংহ | ৬। | কন্যা |
| ৭। | তুলা | ৮। | বৃশ্চিক |
| ৯। | ধনু | ১০। | মকর |
| ১১। | কুম্ভ | ১২। | মীন। |

রাশিশিংগী মৈফম মেষনা মকোক থংদুনা, মখাদা সঞ্চার অসিদা উৎচরি :




রাশিশিং অসিদা : মেষ রাশিগা তুলা রাশিগা পক্লদে। সিংহ রাশিগা, কুম্ভ রাশিগা পক্লদে।

মিথুন - ধনুগা পক্লদে। মসি বিষম শপুম তাবা হায়নসু খঙনৈ।

# ৪১ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# নক্ষত্র ২৭ কী মমিং

মীওইবগী মশাদা লৈনরিবা নক্ষত্র (থৱানমিচাক) অসি ২৭ থম্ভনি। মসিগী অহানবা নক্ষত্র (থৱানমিচাক) অসি অশ্বিনী নক্ষত্র অসিদগী মমিং হৌরগা রেবতি নক্ষত্র অসিদা লোইগনি। নক্ষত্রগী মমিং অমসুং মশীংগা কোম্বনা মখাদা ইদুনা পীজরি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | আশ্বিনী নক্ষত্র | ২। | ভরনী নক্ষত্র |
| ৩। | কৃত্তিকা নক্ষত্র | ৪। | রোহীনি নক্ষত্র |
| ৫। | মৃগশিরা নক্ষত্র | ৬। | আর্দ্রা নক্ষত্র |
| ৭। | পুনর্ব্বসু নক্ষত্র | ৮। | পুষ্যা নক্ষত্র |
| ৯। | অশ্লেষা নক্ষত্র | ১০। | মঘা নক্ষত্র |
| ১১। | পূর্ব্বফালগুনী নক্ষত্র | ১২। | উত্তর ফলগুনী নক্ষত্র |
| ১৩। | হস্ত নক্ষত্র | ১৪। | চিত্রা নক্ষত্র |
| ১৫। | স্বাতী নক্ষত্র | ১৬। | চিশাখা নক্ষত্র |
| ১৭। | অনুরাধা নক্ষত্র | ১৮। | জ্যোষ্ঠ নক্ষত্র |
| ১৯। | মুলা নক্ষত্র | ২০। | পূর্ব্বষাঢ়া নক্ষত্র |
| ২১। | উত্তরাষা ঢ়া | ২২। | শ্রবনা নক্ষত্র |
| ২৩। | ধনিষ্ঠা নক্ষত্র | ২৪। | শতভিষা নক্ষত্র |
| ২৫। | পূর্ব্ব ভদ্রপদ নক্ষত্র | ২৬। | উত্তর ভাদ্রপদ নক্ষত্র |
| ২৭। | রেবতি নক্ষত্র। | | |

## ৪২ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
## থাসি মাইগৈ খংনবা

| | | |
|---|---|---|
| শজিবু, থব্রান, পোইনু | - | চিংথৈ থাশি মাইগৈনি। |
| কালেন, লাংবন, ব্রাকচিং | - | অব্রাং থাশি মাইগৈনি। |
| ইঙা, মেরা, ফাইরেন | - | নোংচুপ থাশি মাইগৈনি। |
| ইঙেন, হিয়াঙৈ, লমতা | - | কৌব্রু থাশি মাইগৈনি। |

থাশি মাইগৈ থোকপা লমদা শা-ষন অমসুং মীনচিংবা চৎথোক-চৎশিন তৌরবদি, বেরা থাংবা অমদি অমাং অতা কয়া থোকপা য়াই, ফত্তে।

# ৪৩ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# স্ত্রীর (প্রথম) রাজদর্শন ফল ।

নুপীগী থাগী অহানবা ঋতু লাকপদা (মহৈ) ।

শজিবু থাদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি - য়াঙাং খোঙ্হোক থোৎ নৌই।

কালেন থাদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি - মপুরোইবা কাইনৈ (লুখ্রা ওই)।

ইঙা থাদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি - লন থুমগী মপু ওই ।

ইঙেন থাদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি - মচা ফত্তবা পোক্লল্লি ।

থবান থাদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি - লায়না, লাইথুং চেল্লি ।

লাংবন থাদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি - ইমুং-মনুং অমদি মপুরোইবদা ফত্তবা ওই । ফত্তবা ওইরকই ।

মেরা থাদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি - মপামক্তী শাগৈ-নাতে মাংহনবী ওই ।

হিয়াঙ্গৈ থাদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি - ধর্ম্ম চেনবী ওই । য়াখল ফজে।

পোইনু থাদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি - অপাম নুংশিদা ঙাওগল্লি ।

য়াকচিং থাদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি - মপুরোইবদা য়াখল থম্বী ওই।

ফাইরেন থাদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি - মচা য়াম্না পোকই ।

লমতা থাদা অহানবা ঋতু লাক্লবদি - ইরাংদা ঙাওগল্লি । পামগল্লি।

## ৪৪ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
## বার কল নুপীগী অহানবা ঋতু লাকপা নুমিৎকী মহৈ

| | | |
|---|---|---|
| নোংমাইজিং নুমিত্তা ঋতু লাক্লবদি | - | মশা ফৎকন্দে অমসুং লুখ্রা ওই। |
| নিংথৌকাবা নুমিত্তা ঋতু লাক্লবদি | - | মপুরোইবা নিংগনবী ওই। |
| লৈপাকপোকপা নুমিত্তা ঋতু লাক্লবদি | - | লমচৎ ফত্তে, অব্রাবসু ফংগনি। |
| য়ুমশকৈশা নুমিত্তা ঋতু লাক্লবদি | - | য়াম্না লাইবক ফবী ওই। |
| শগোলশেন নুমিত্তা ঋতু লাক্লবদি | - | মতিক-মগুন চেন্দুনা, মপুরোইবা অফবা ফংই। |
| ইরাই নুমিত্তা ঋতু লাক্লবদি | - | পুন্সি শাংই অমসুং মচা [illegible]ই। |
| থাংজ নুমিত্তা ঋতু লাক্লবদি | - | ম্রাখল ফত্তবী চেনবী ওই। মচা পোক্তে। অখুংবী ওই। |

# ৪৫ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
## ভুমী কম্প মাস ফল

যুহারা হাবা থাগী (মহৈ)।

| | | |
|---|---|---|
| শজিবু থাদা যুহারা হারবদি | - | নোংকাংই, অনা-অয়েক অমদি অশি অনা পী। |
| কালেন থাদা যুহারা হারবদি | - | গর্ভদা লৈবা অঙাং শোকল্লি, হেমোইনবা য়ামই। |
| ইঙা থাদা যুহারা হারবদি | - | অঙম অথৌ মরী শোকল্লি। লৈবাক্কী পীড়ানি। |
| ইঙেন থাদা যুহারা হারবদি | - | লৈবাক্কী পীড়া, ওই, শা লান তৌগনবা ওই। |
| থবান থাদা যুহারা হারবদি | - | ব্রাহ্মন গনক অমদি অখঙ-অহৈ মরী শোকই। |
| লাংবম থাদা যুহারা হারবদি | - | লৈবাক্কী পীড়া ওই, শেল থুম তাঙই। |
| মেরা থাদা যুহারা হারবদি | - | অঙম-অথৌ মরী শোকই। লৈবাক লাংই। |

| | | |
|---|---|---|
| হিয়াঙ্গে থাদা য়ুহারা হারবদি | - | অগুম-অথৌ ওইদুনা, অগুম-অথৌ অফবা থোকই। |
| পোইনু থাদা য়ুহারা হারবদি | - | লৈবাক ইরাং হৌই, অব্রাবা ওই। |
| ব্লাকচিং থাদা য়ুহারা হারবদি | - | নুংশিৎ কল্লি উ-ব্রা, ফুরা, দোলান তেক কায়গনবা ওই। |
| ফাইরেন থাদা য়ুহারা হারবদি | - | লৈবাক্কী পিড়া ওই। অব্রাবা কয়া থোকই। |
| লমদা থাদা য়ুহারা হারবদি | - | লৈবাক লৈহাও চেল্লি, নোং য়াম্না চুই। |

## ৪৬ অধ্যায় (তাঙ্কক)
## ভুমী কম্প বার ফল

য়ুহারা হাবা নুমিৎকী (মহৈ) ।

নোংমাইজিং নুমিত্তা য়ুহারা হারবদি - অনা-অয়েক পী। অঙম অথৌ মরী শোকই, মহৈ মরোং ফত্তে, মৈপোক লাংপোক থোক্কল্লি । লান তৌবা য়াবা পি । মীওইবগী চিংনবা পী, শা-ষন, মরাই তাই । ব্রাহ্মন মরী শোকই ।

নিংথৌকাবা নুমিত্তা য়ুহারা হারবদি - লৈপাক লৈহাও কাবা ওই, লৈবাক হরাওবা পী । মহৈ-মরোং অমদি মরু-মরাং পুম্নমক ফে । চন্দাল মরী শোকই ।

লৈপাকপোকপা নুমিত্তা হারবদি - অনা-অয়েক পী । হাওগী মরী শোক্কল্লি । মহৈ-মরোং মাংগল্লি । মৈপোক-লাংহৌ পী, অচৌবা মরী শোকই । শালান থোকপা য়াবা লৈ । মীওইবগী অমগা অমগা থাজনদবা পোক্কল্লি ।

য়ুমশকৈশা নুমিত্তা হারবদি - চাক হোংই, লৈবাক অমগা অমগা চায়-নুংশিবা ওই । অহৈ অশিং লাক্কল্লি । লোইরম মরি থোক্কল্লি ।

শগোলশেন নুমিত্তা হারবদি - গর্ভদা অফবা মী মরু হল্লি। মীরৈবাক্কী ইপাও তাবা ফংই। ক্ষত্রিগী অচৌবা পীড়া অমদি ওই।

ইরাই নুমিত্তা হারবদি - মীরৈবাক্তগী পুক্লিংদা য়াবা, অকিবগী মশক ওইবা ঈ-পাও তাবা ফংগল্লি। চাক তাংই। লৈবাক্কী অচৌবা পীড়ানে। চাক্তি হোংই। অনা-অয়েক কয়া অমদি অশি-অনা কয়া থোক্কল্লি। শাগে-নাতেগী মচিন-মনাও নুংশিনদবা ওইদুনা য়েংথিনৈ।

থাংজ নুমিত্তা হারবদি - অনা-অয়েক য়াম্না পী, মহৈ-মরোং মাও তাকপা ওই। মৈদগী অকি-অথং ওইবা পী, অঙম-অথৌ মরী থরা শোকই। শা-লান থোকপা য়াবা পী। মীগী চিংনবা অমগা অমগা থাজনদবা শোকহল্লি। ব্রাহ্মন মরীসু শোক্কল্লি।

# ৪৭ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# ত্রিপুষ্কর যোগ (পুখ্রি অহুম হুনবা) ফংবা মহৈ

নোংমাইজিং, লৈবাকপোকপা, থাংজা নুমিৎ্তা :

থবান - ২।৭।১২।১৬।২২।২৭ অসিনা অদুগা নক্ষত্র

অঙ্ক মশিং - ৭।১২।১৬।২১।২৫ অসিনা তাবা ওইরবা

হায়বদি - অহুম অসি থোকপা নুমিৎ্তা কনাগুম্বা মী শিরবদি ত্রিপুষ্কর যোগ কৌই। মসি থোক্লবদি মথাদা মী অহুম শিগনি। মহৈ-মরোংসু ফত্তে। অদুগা শাগে-নাতৈদসু ফত্তে। লন-থুম, শা-যন ফাওবা শোক্লনি। লৈকাই ফাওবা শোক্লনি।

# ৪৮-শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)

## নবগ্রহগী ঔষধি

গ্রহ ৯গী হিদাক :

| | | |
|---|---|---|
| নোংমাইজিংগী | - | হৈ খাগোক মরা। |
| নিংথৌকাবগী | - | থবী মরা। |
| লৈপাকপোকপগী | - | আনন্তমুল। |
| যুমশকৈশগী | - | পুংতিংবী মরা। |
| শগোলশেলগী | - | চরোই তোং মরা। |
| ইরাইগী | - | নোংমাংখা মরা। |
| থাংজগী | - | উহন মরা। |
| রাহুগী | - | যাবচন্দ। |
| কেতুগী | - | অশ্বগন্ধা মুল। |

মখা মখাগী গ্রহশিংনা পাংখ্রবা মতমদা, হায়রিবা পোহশিং অসি মশাদা (হকচাংদা) শিরবদি গ্রহগী ফত্তবা (দোষ) কোক্লবা ওই। হায়বদি গ্রহগী শান্তি ওইদুনা, নুঙাইবা ওইগনি।

# ৪৯ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# নবগ্রহগী ধাতু

গ্রহ ৯গী শিগদবা ধাতুগী পোৎলম ।

| | | |
|---|---|---|
| নোংমাইজিংগী | - | কোরি । |
| নিংথৌকাবগী | - | শঙ্খ । |
| লৈপাকপোকপগী | - | পোহান । অঙাংবা। |
| য়ুমশকৈশগী | - | সনা । |
| শগোলশেনগী | - | মুক্তা । |
| ইরাইগী | - | হীরক। |
| থাংজগী | - | মিশি । |
| রাহুগী | - | য়োৎ । |
| কেতুগী | - | রাজ পজা । |

গ্রহনা পাংদবা মতমদা হায়রিবশিং অসি -শিন্নবদি নত্রগা মশাদা পন্নমদি গ্রহগী দোষ কোক্নুমা শান্তি ওই ।

# ৫০ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# নুপা, নুপী অনিগী ছত্র যুগ
# (মমিং চৎকনবা চহি মতাং)

চহি ৫।১৪।২৩।৩২।৪১।৫০।৫৯।৬৮।৭৭।৮৬।৯৫ অসি মমিং চৎকনবা চহি মতাংনি। পীরিবা চহিশিং অসি নুপা, নুপী অনিমক্কী, চহি মতাংসিদা মমিং চৎপা লৈগনি। কনাগুম্বগী গ্রহ অদুনা (দশানা) ফরবদি অফবা মাইকৈদা পদবী (মিংচৎ, মিংথোন) চৎকল্লি। গ্রহ পাংদবা হায়বদি দশা কয়া পাংদবা মী অদুদি বেরা তৌবা অমদি খুদোংথিবা মাইথৈদা মমিং চৎকল্লি। মসি মী খুদিংমক্তা খঙজিনবিগদবা ওই। চহি ১০০গী মথক মখৈদি পনজদ্রে। মরমদি : অয়াম্বনা চহি ১০০ অমদি চাম্মগী মথাদা পুন্সি লোম্বা ওই। চহি ১০০গী মথক ফাওবা পুন্সিবদি৫ পাওয়াও য়াওদে। অদুবু চহি ১০৪ অসি মমিং চৎপা লৈ।

# ৫১ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)

**গ্রহগী ক্ষেত্র লৈফম :-**



# ৫২ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# উচ্চস্থান (অব্রাংবা থাক্কী)

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| রবির | - | মেষ। | চন্দ্রের | - | বৃষ। |
| মঙ্গলের | - | মকর। | বুধের | - | কন্যা। |
| বৃহস্পতি | - | কর্কট। | শুক্রোর | - | মীন। |
| শনির | - | তুলা। | রাহুর | - | মিথুন। |
| কেতুর | - | ধনু। | | | |

এই স্থানে গ্রহগন অবাস্থান কালে, উচ্চস্থান, হয়, অর্থ্যাৎ অর্তন্তা বালবান হয়া থাকে। এবং ইহাকে তুঙ্গিরলাহয়। গ্রহশিং অসিনা মফমশিং অসিদা লৈরবদি অব্রাংবা থাক্কী মীনি হায়না খঙনগনি। মসি মপোক অফবা মীনি।

# ৫৩ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# নিচ্চস্থান
## (অনেম্বা হায়বদি ময়াই ওইবা থাক্কী ওইবা)

যাথা :-

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| রাবির | - | তুলা। | চন্দ্রের | - | বৃশ্চিক। |
| মঙ্গলের | - | কর্কট। | বৃহস্পতি | - | মকর। |
| শুক্রের | - | কন্যা। | বুধের | - | মীন। |
| শনির | - | মেষ। | রাহুর | - | ধনু। |
| কেতুর | - | মিথুন। | | | |

এই রাসিতে গ্রহগন অবস্থান কালে, নিচ্চক্ষেত্র স্থিত হয়। মসিসু ময়াই ওইবা থাক্কী মীনি।

# ৫৪ শুবা অধ্যায় (তাঙ্কক)
# শ্রেষ্ঠ পদার্থ বিবারন

অথোইবা পোৎচাং খরা :-

১। লাইশিংগী মনুংদা "মহাদেবনা" অথোইবনি।

২। লাইনুপীগী মনুংদা "দুর্গ দেবী" না অথোইবনি।

৩। গন্থ (লাইরিকশিংগী) মনুংদা "শ্রীমদ্ভাগবতনা" না অথোইবনি।

৪। ধর্ম্মশিংগী মনুংদা "অহিংশা" না অথোইবনি।

৫। নামশিংগী মনুংদা "রাধা নামা মৃত্ত" না অথোইবনি।

৬। মন্দ্রশিংগী মনুংদা "শ্রী কৃষ্ণগী মন্দ্র" না অথোইবনি।

৭। বৃট্ট (ফিরোশশিংগী) মনুংদা "নামাবলি" না অথোইবনি।

৮। চীংশিংগী মনুংদা "হিমালয়" চীংনা অথোইবনি।

৯। তুরেলশিংগী মনুংদা "গঙ্গা" তুরেলনা অথোইবনি।

১০। ঈশিং পুন্নমক্কী মনুংদা "তীর্থ রাজ" (সমুদ্রগী) ঈশিংনা অথোইবনি।

১১। উশিংগী মনুংদা "সনা খোংনাং" না অথোইবনি।

